# হেলোইন পুঁব

## অরাংবব ১স্থুং চাদেকপ



ইজব

জি সি তোংব্রা

---

 মমল লুপা ১৫০

নমকম :—
চিত্রাঙ্গদা প্রেস ইম্ফাল




ফোংজব :—
শ্রীহুইড্রোম তোম্বা সিংহ
সেগা রোড ইম্ফাল।



অহানব নম্ব :—
কপী ১০০০

কংকম :—
ইম্ফালগি লাইরিক য়োনব দুকানশিং
অমস্তুং
লেখকতগি

# হেলোইন প্লব

## অহানব মতাং, ১ব উৎপ।

মায়াপুরগি Golden park অমসুং Royal Te[illegible] court কি কারক্ত Town দগি হায়থরকপ লখী ফজরব অমন খল্লি। ফজরব Tennis dress শেৎতুন থবা অমসুং বিক্রম সিংহন শান্নরিঙৈদ নবকুমার অমসুং কুমারীন Half pant, half shirt শেৎ-লিৎতুন গদগা হাইনবি, লাক্লি, [illegible] তম্নবদগি শাওনখ্রব মায় উই। মতমদি বসন্তগি সুমিদাংবাইহল্লি।

নবকুমারঃ— খিৎতং চৈনাথোল ফাওবদ অদুক শাওগৎলবদি, লান তম্ব য়ারোই কুমারী।

কুমারীঃ— নায়বদি শাওব হোনবনি, শাওবদগি লানগি খুংলাই লিংথিব শিক্তিয়ব হৈরকদৌরিবনি।

নবঃ— অদুদ ইবেম্মা, ইমানিগীসিদি চানব [illegible] [illegible] নিদো।

কুঃ— লান্দি ইবুঙো, ফাম্মীদ ওঁবাইব [illegible] [illegible], [illegible]

চানম শিনদোম্বিবনি ঙসি চৈ খর চাহুন শাওনিংল-
ত্রাও ?

মবঃ— সুপী মচানি হায়দুন ঐন য়েংবিবনি। নিপাবু সুপীন লাকচব য়াব হৌনদে।

কুঃ— ইতিহাস নিংথিন ভম্মগ খঙলকনি অঙাং, পৃথিবীসিন উরুরু লৈরিবসে হেলোইন মানবী সুপীগী থুদোঙ্গীন উংবনে।

মবঃ— মহুদি লান মঙ্গে কুমারী, ঐনা ঙসি সুপীনি হায়দুন নংবু খর লাকচহনবহুঙুম্বনি।

কুঃ— আজকালগী নহারোলশিংগী মতো তমদুন পাখং ফাগ্রি- ঙৈদ হন্নুরকনু।

মবঃ— সাবাস! Go on darling ( পৈহুন য়েংই )।

কুঃ— নহাক মায়াপুবগী অনিশুব মন্ত্রী, লৈবাক্ত খনব অঙম- বুদ্ধি অমত্ত ঙাইজব মচানি। ঐন কদায় রাম্পা সাহেব কি হুইনাওগুম্ব ভুং ইঞ্জবী তোল্লবী মীনাইমুবী মচা চীংদোন্দ হৌব উন লোকখাদ হায়থব হৌনদে, মহুং মনাও খক করেম্বনু. ফাগী ফাগীনগী মীসি শোইনবনি অঙাং।

মবঃ— ফাগী তৌনব কস্তে চুমই। ঐন হায়রিবসি মুম ভাও. ফাগী নস্তে অওইবনি : নংবু ঐন হুম থাং ভম্বিবদ মশাক অহাংব মফমদ ঐন য়ৈনিংদে. নংন হরাও হরাও চোক্কপাদ ঐনা থম্বি য়ৈকসনু মান য়ৈমনু কয়া য়াম

নাগবনো। চৈন থৈবসি নাম্নিপোৎনি কুমারী, নং, ওৰ্মা অম থিজরো এৈন ভম্বিন্নবদি এৈ চৈ যাম্ন চাব তারে।

ং: এৈন থন কম যুব ন্নাংৎভুন শাওনিংঙ্গ্রিবনি, শাওনি লগ ফংক কনি।

নবঃ— নংসি ভাব তাখিত্রেদ কুমারী। ফন নাম্নবম্ন এৈদি নঙোন্দ ইশাও শাওনিংদেনে হায়।

কুঃ— ছাত্র ছাত্রী মাংহনবসি ওৰ্বানবিদন, হরে হরে, এৈদি নহাল মখৈ খংলমদে।

নবঃ— ইহাকথক্কগী ওৰ্মা পুম্নমক চেম্পদো শরুক এৈ ওৰ্মা ওইব তোকচরে ইবেম্মা Good night ( পদপা পুন্নুন চৎখি )।

কুঃ— ( মতুংদ য়েংলগ ) অম্নক চাওব মচান কৈম্নু লৈঙবী শক্ষিবী এৈবু —! ( ভুংগোমদগী হেংলোই থানবী — সাবিত্রীন কবো সাত্তিন ১ তুপ, পাথৃব লিক্কি ফুরিৎ অম লিৎ, চীংগী খি অয়াংব অম শেৎ, থুনিংয়াংবী তোং, লৈ নাচোম অম খেৎতুন কেন লাক্লগ চপ লেপ-তুন মতুংলোমদগী কুমারীদ

সাঃ— কনাগী চিন্তানো মুপীমচা নংম তৌরিদুবো।

কুঃ— করি ওইরবনো = ?

স :— ইচে মাইয়োক মা ভম্বিগে, লীন কাওবা অলিরক খোন-বদ মথুন্দগী চোংথোকহন্নক্কে।

কুঃ— লাইরা 'ভম্বিব কোইচৎ চৎপিন থোইয়ুম লাই ওইভিরব্রা

তাইবং মী ওইবিরব্রা ?

( কিজুন মথুংন মখু পায় )

সাঃ— মংন খুকউ পায়রিবু করিগীনো ?

কুঃ হকচাং শাজেল তৌজরিবনে, তাক্রা তিংদনব ।

সঃ— নংগী খোইদগী হুজিক নাম্বোকখিব তাগ্নবু তাক্র'মা তমুরাও ?

কুঃ— হাবিব· য়ারোই লোং খডিং মচা পিশক্লে ।

সাঃ— ইচেমদি শরেং তারেন নত্তুবদি চাদে, নংগী ফ বিগে লোং খোন্দুন হায়বনে ।

কুঃ— ননাই ঐদি তা চাকদে বৈষ্ণবীনি, ইচেমবু শরেং তা রেন থিব লাকপিব্রাও ?

সাঃ — 'অদু নত্রবদি ইচেখোয়গী খবকপু ডুনিয়াদ করি লৈগদগে বি এ তম্মিবনি হায়তুন কোলেজ কারিবত্তদি লাইব্রিক হৈনিংঙুন কাব নত্তে কেসম খঙনব চৎপনে । নংন অপাম্ব মনা পীসনি, ইচেমগী মদৎ অমতং তৌ বিব তমগত্রা ?

কুঃ— অসিদ টেনিস শামরিব তরাক তাতিন অসি নত্রাও ?

সাঃ— কয়াদ শিংখ্রব অতাংনো ?

( কোম্মুন চুপই, বেগতগি ১০ চৎপি অম পী )

কুঃ— করিগি শেলনো ? ( হাপচিল্লি )

সাঃ — শিংখগি মনানি পায়শিল্লু ! মাগ মিচং ওইরিব য়াশি অমত্ত য়াওদবী চাবোকপীদন চানব তাহো অসিবু কনানো ?

[illegible] ওইরবনু তাশাংবু মাল্লবনু য়াজকুমারনা খবব

টেনিসকী পার্টনাররনি জাপানগি মহারাজ কুমার ১স্থং কুমারীগ টেনিস ডবলস শিংনজুন মখোয়নি টোকিওদ শারব চৎকদৌরি। মদুগি কম Practice তৌরিবনি।

সাঃ— ইন্টর কোলেজ টুর্ণামেণ্টট ঐন ইভং - ভংভন থোইরবী মশকনু ঐন হেন্ন ফজবীসিবু করম্ন খল্লুরিবনো। নখোয়গি রাজা সাহেবসি মমিৎ ফত্ত্রবাও?

কুঃ— ফজব অথীব, হৈব হৈতব নাইদন থরাইন পাবদ থরাই কৎনব হায়বসিনি তাইবংপানগি অগুকপ।

সাঃ মতিক চাদবন অরাংব কাব হায়ব অয়ানবসি নখোয় ঐখোয়' লৈবাক্কি মীন থিংগদবনি। সে, ১০০ চৎপীসি পায়শিল্লু।

কুঃ— করিগিনো শেলদ পংপীদ পীরিসিবো? ( পায়

সাঃ— লৈবাক্কি ফগদব অমসুং অচুম্ব থবক্ত তেংবাংবিনব বাঙোরি

কুঃ— লৈবাক্কি অফব থবক্তি শেল য়াওবম তৌব য়াই। করিগিনো?

সাঃ— রাজাসাহেবকি ওাহৌ অসি ভাম্বোকখ্রগ থাবক অমমু পার্টনার ওইহন্দুন জাপান্দ টেনিস শারব থাগদবনে। মায়াপুরগি মমায় ওইনব হেন্ন হৈব, হেন্ন ফজব শুনব তায় মুপীঘচা।

কুঃ— কনানো অদুদে?

সাঃ— মিস সাবিত্রী।

কুঃ— সাবিত্রী হায়বদে?

স্মাঃ— কনা ওইনি! ঐ।

কুঃ— ইন্দোনবু চহি, কয়া শুবিরবগে?

সাঃ— ইচে কেদত্তুন ভৌবনি, হৌখিব য়াওশংদ চহি ১৬ মপুম।

কুঃ— Yes I see, ওইরম্ব য়াই। ঐঙোন্দগি করি ইতেং পাম্বিবগে?

সাঃ— ঐগ ঙাহাক্তুং চীক্ত রারি শাহল্লু।

( শাম্নব য়েংই )

কুঃ— শেলসি পায়শিনবিয়্, ঐদি শেল চাজদে রাজাসাহেবকি হুইনাও মচানি। শাম্নবা লোয়বগিসিদ তাঙ্গা য়েংসি। অদুগ—

( লম্বীদ বড়মন্ত্রীন রামসিং কর্ণেলগ রারী শাদুন চংলি প্লরপ পরপ। )

বড়মন্ত্রীঃ— সিভিল খণ্ডদে মিলিটরী খণ্ডদে অফিসার খুদিংমক ঐগি হুকুম ইনগদবনি. ঐগি য় থংন মায়পুরদ লৈরিব মী খুদিংমকি আইন ওইগদবনি।

কর্ণেলঃ— মী খুদিংমক?

বড়ঃ— Yes, মী খুদিংমক।-লৈরিব নিংথৌ আইন সভা, লো-কোর্ট পুম্নমক ফজনব উৎপ কুম্মৈ ওইহনগদবনি। মসি থোক্কব শিনবদ য়ৈথায়বপুম্ব পেৎ পেৎ মেৎখায়-গদৌবনি। থরায় পাম্মুদন অঙম্ব নত্তেং শিরবদি নংবু ঐন জেনেরেল হাপ্লিগনি।

কর্ণেলঃ— কাপ্লিংব মকমদ কাপ্লিংব মতমদ কাপ্ল রাব শুসী

অম ওইন ননাই ঐবু মশীং থাখিন্নু। ( চৎখি )

রড়ঃ— Thank You Colonel :

সাঃ— ( লাপ্ত ) Hallo !

( রড়মন্ত্রীন মচিন্দ খুদোম্বীন মেন্দুন ভুমিন লৈয়্যু হায়বগি ঈঙ্গিৎ তৌরগ চৎপি। )

বুঃ— বড়মন্ত্রীগ লক খঙমবিব্রাও ?

সাঃ— করিমি খঙনদনি।

বুঃ— ( লোম্ন ) সুপীদ সুক ওত্তব নিপাসিগ কয়ম্ন খংনরুরিবা ?

সাঃ— মাদি ঐখোয়্দদ লৈ।

কুঃ— লৈবাক্কি থবক হুন্দোক্লগ কৈদৌব লাকইব ?

সাঃ— ঐখোয় পাবুংগি মরুপ্নি। ঙাইখো, টেনিস শান্নব লোইরগ নংগি মরু ঙাক্ত ঙায়ব ঙাহৌ অসিবু কয়া কুইন রাজা সাহেবকা লোইনখিগদগে ?

কুঃ— হায়ব ঙমদে মখোয়্নগি খুসিনি. তৌবদদি বড়মন্ত্রীন বেরা খর তৌই। রাজাসাহেবকা রারী শাবিগে হায়রবদি হকচাংদ করি করি খাওরিবগে হাম্ন সার্চ তৌব তায়।

সাঃ— তৌবিয়ু, বেরা লৈতে।

( কুমারীন মশা পূম্নমক মেৎতুন য়েংই থবাক থরাং থাকত্তন )

কুঃ— হোরেল রারী শাব মতমদ করিগুম্ন পোৎ পিজব য়াদে, রাজাসাহেবকি মশা শোকপ য়াদ্রে। বোদী গার্ড ময়াম্ন অকোইবদ শেম্নদুন লৈ। অকায়ব অমঙুং উপ্ত্রবদি নংম্নু

ঐস্নু লেলদ।

সা:— ঐ লোইন ভাব ভারে।

কু:— অদুদি আদগি চৌকিসিদ ফমতুন ভাইয়ু. ঐ ইঙ্গিৎ তৌরকে, টেনিস শান্নবস্নু লোইখরে।

সা:— Thank You। ( চথোকখি )

( নুমিৎ ভারে, ৫নি পানবগি প। নোংচুপ্ত খোকপ উরে। টেনিস—স্নু উপ্প, হাপ পেন্ট লেৎপ মোজা or মুগা ফুরিৎ অপাব লিৎপ বিক্রমসিং অমস্তুং খবা শান্নব লোইত্তুন হুমাং তৈথোকতুন রেকেট শেগ্রাক্ত য়েপতুন রানী শাত্তন লাকই। খবাগি মকোক্ত কুশাল ফজরব অমন মকোক ফাগৎলি। )

খবা:— চৌকিও লেংবসিবু জাহাজন চৎকপ্রা নত্রগ প্লেন পাই গত্রা?

বিক্রম:— চীফ মিনিস্টরন অপাম্ন মতুং ইন্ন চৎকদবনি. নৈবাক অসিদ মান মীনি ঐন মাগি মমি। করিগুম্ব হিন্নমদ মাগি approval য়াওদব ঐগি খুসি য়াদে। ঐসি মাগি মেলাদ উৎনব শান্নপোৎনি। মীওোন্দ হায়দোকচুকো।

খবা:—"ঐ খঙবে। Beauty competition তৌরগা রানী খনগনি হায়ন ভারিবসি চুমত্রা?

বি:— চুম য়াই, অরেপ্প খঙদে ঐদি। ঐন চানব এঙ্গাং, টেনিস কি পার্টনর, লাইফকি পার্টনর............ চীফ মিনিস্টরন অপাম্ন মতুংইন্ন খনগলোমিবনি। ঐসি অহিংবা মীগ্না হায়ব

ঐ চি'নৈ। সুমিৎ ভাৱে, গার্দশিংন হোৱেল ৱিপোর্ট
তৌথিব য়াই।

থবাঃ—খঙজরে চৎচরনি। পাৱৈ অম থিত্তুন থারিব পোম মপুংদ
গি পাইথোক্লবদি হোংনব চুমই থৱ্রে।

বিঃ— ইশা পান্নব হোংনবত্তুনি ঐগি পুন্সিগি অর্থ।

থবাঃ— কাওনব কানিকাদি হাবিদেকো?

বিঃ— চাসিন্না হায়ত্তুন মরক মরক্ত থনি, চাবমঙ্কি চান্ত্রি।

থবাঃ— বিউটি কম্পিটিসন তৌব থোক্লবদি ঐবু য়াওজো হায়ত্রা?

বিঃ— নত্তিক চাব পরীক্ষানি য়াওগদবনি।

থবাঃ - করিগুম্ব জজশিংন থনবিয়ক্ত্রবদি?

বিঃ— মত্তুদ ঐন করি তৌব ভমগদগে ঐ থঙত্রি থবা।
ঐ লাইবক থীরব রাজকুমার অমনি!

থবাঃ— মান্নন লাইবক থীত্তুব ঐসু ..............! হুম, থেংথ্রে
মনাই ঐ — নমস্তে।

বিঃ— নমস্তে! (চংখিব য়েংত্তুন লৈরগ) বোই!

কুমারীঃ— (চেনশিনক্তুন মথুং লোয়রগ) অজ্ঞা য়ায়াথং?

বিঃ— নুপী অসিগি মরমচং থঙলকপ ভমগত্রা?

কুঃ— সি, আই, ডি, শিংদ হংলগ লোইন থঙগনি আজ্ঞা।

বিঃ— All right, ঐগি কার কদোমদ থমই?

কুঃ— রা অমত্তং চানবিগত্রা আজ্ঞা?

বিঃ — করিনো হায়য়ু?

কুঃ— নুপী অমব অজ্ঞাদ রা অমত্তং হজংচগে হায়রি।

বিঃ— কদায়দ লৈ, কৌশিল্লকউ। নংগ শক খঙএত্রা।

কুঃ— ঙসিদ খঙনবনি, মমিৎতি কয়া চুমদে, খরদি চোংশিন বিয়ু। ( থোকখ্রগ সাবিত্রী চংলকই, কুমারীন ছাত্তিন পায়হৌই। পার্কত থাব চৌকি অমদ বিক্রম কমই।)

সাবিত্রীঃ— ( খুরুমই ) ননাই ঐ খুরুমজরি আজ্ঞা।

বিঃ— কনানো নংবো ?

সাঃ— ননাই ঐ শ্রীযুৎপু থিজরকইব কুইরে।

বিঃ— পাৎকনু। ঐবু কদায়দ থিরুরিবা ?

সাঃ— মাইবী কয়াগি শেনথিত্ত পাম্ভিকয়াগি খুৎপায়দ হংজরুরে।

বিঃ— মায়াপুরগি রাজান লৈঙম খঙদনুন মাইবীদ পাম্ভিদ হংউরিবা ?

সাঃ— আজ্ঞা।

বিঃ— নংবু কনানো ? মাইবীদ পাম্ভিদ চৎতুন হংগত্রা, ঐন নঙোন্দ হংলিবসি লায়ত্রা ?

সাঃ— মায়াপুরগি অচুম মাইবী অহৈব পাম্ভিশিংদ হংবিরগ শ্রীযুৎকি অমদি ননাইমুবীগি রায়ী লোইন খঙবিনি।

বিঃ— নংবু নমিং করি কৌবগে ?

সাঃ— ননাইগি মিং কাওবিরত্রা ? সাবিত্রী হায়বনে।

বিঃ— ঐ নংবু উবিবগুম ভৌয়ে, মিংশিংবদি থোক্তে।

সাঃ— ননাইমুবীবু কাওবিরত্রা ? অতুঙৈ রারোৌখিবত্তু ঙসি কাওব কবিরিত্রা ? নখোঙপায়তুন খুরুমজরি অদুঙৈগি ইরোল পূব তাকপিয়ু।

বিঃ— ঐ ভাব করি অমত্ত তাত্রে, নংবু কনানো ঐগ করি মরি লৈনখিবগে ? শেংন হায়য় ।

স ঃ— অপায় সুংশিগি ভান থর থর তাঙ্কব মতমদ লৌনসি লৈনসি য়াশক্ৰখি, লাইবক খিবন থুংনখিদে। ( কপই )

বিঃ— ইবেম্ম নংন কায়রিবসি কদৌভৈগি য়াবো, ঐবু করিমত্ত কিংশিংব ভমজ্রে।

সাঃ— নহারমুকি মপোকি য়ানি।

বিঃ— নহার মপোক্ত সুংশিনরগা থুংনখিদবা ?

সাঃ— থান য়াপন লোনব মুঙৈদনি, অরাম চৌকি অমথমদ কমদুন য়ারী শাই।

বিঃ— কদায়দ ?

সাঃ— কোমুংগি লৈকোলদ।

বিঃ— কনাগি কোমুং ?

সাঃ— পাবুংগি কোমুংদ।

বিঃ— নহান মপোক্তম ঐবু নিংথৌমচা ওইন পোকপ্রা ?

সাঃ— নিংথৌমচা ওইন পোকপদি ঐনি, শ্রীযুৎভি মীচম ওইন পোকই। কুয়িৎ ভুব য়ায় ফজৈ, ঐগি য়াউক্ত ভুবদগি থওনদুন সুংশিনখি। পাবুংন মীচমদ লৈব য়াদে হায়দুনা কম খিংই। থাবক্ত য়ারী শাবদ ঐন ফাগী ভৌবদগি শাওদুন চৎথ্রগ ভুরেন্দ চোংথদুন লাইবক শীন পোক-পগি পুভাইতব কোকপিখি। থাইন মৈচাক্ত চাক্তুব নাইতোম ভাহৌব ভমদদুন নবাইন্ন য়াইবী থরাই কৎচখি।

পাখং নতুং ইঙ্গথি। মতম কুইন থিরব মতুংদ গুসিদ দর্শন ফংজরিবসিনি। হৌথিব ইবাল ডাকপিত্রন ননাও তোন্নবীবু লৌশন বিয়ু।

বিঃ— গুসি ঐবু মগুনা তাইবগুনা ভাব ভাগ্রে, নংন লীয়িব য়ারীসি মগুদি নত্তেকো ?

সাঃ— মগু নচ্চদে, মাইবী পাম্বিদ হংবিরগ তশেগুবনি হায়ব থগুবিগনি।

বিঃ— হুজিক নং করি পামইবা ?

সাঃ— নহান মপোক্তি লমন শিংজগে, ননাই ওইন লৌবিয়ু হায়জরিবা।

বিঃ— ঐন অপাম্ব সুপী লোব য়াদে, ফজব তান্নবদ য়াওরগ করিগুম্ব জজশিংন থরাইদগি হেল্লি থল্লক্রবদি ঐন নংবু লৌব গুমই।

সাঃ— অরাব পাংও অমদি য়াজাসাহেব, মীশক ওন্নন রানী হান্নবদি—পুন্সিদব য়াই।

বিঃ— লাইবক্ত তশ হায়দুনি।

কুমারীঃ – ( পরপ পরপ লাক্লগ ) মতমসি থেংজিন্নক্লে, গার্দশিংব গাইদুন লৈয়ে, ডাকপিবি ইবিংথৌন !

বিঃ— ইবেম্ম নং চৎলো, ফাদোক থাদোকপ মতম ওক্লে হায়রে। (সাবিত্রীন থুক্রমদুন লৈহৌই কুমারীগ বিক্রমগ চৎমিন্নখি)

---

# হেলোইন পু-র

## অহানবা মতাং, ২বা উৎপ।

মতম:— সুবিদাং পুং ৭।

মফম:— কোম্নুংগি ফজরবা কা অমদ ফমুং অমা থারি, মেজদ মথল মথা লৈতেংগি পোং লৈ, মনাক্ত চৌকি অহুম থারি। অঙাংবা অশংবা মচুগি থাংমৈ কয়া থারি, সোফায় সিংহৌম্ম ফম্নবা মফম লাপ্ন থাকই; থরা নক্ল জজ অহুমগি মেজ, চৌকি কোম্নবা অহুম থারি। মিংশেল অচৌবা অমা থিরি।

বড়মন্ত্রী দেশবন্ধু, অনিশুবা মন্ত্রী নোবীন [illegible] জস্টিস কৃষ্ণকান্ত জজ অহুমগি সিট্টু ফমই, মেজ [illegible] কলম নম্বর পীনবা থমই। রাজাসাহেব বিক্রম সিংহ [illegible] ফমই, কুমারীন ছমাই থোগল ভোরি। কর্ণেল রামসিংহ [illegible] হকুম ঙাইরি।

দেশবন্ধু:— ঙসি ফজবা তামবসিদ নম্বর পীনবা জজশিংবা মেম্বশিং-গদবা মাইকৈদি:—

১ ) শাওং, শাদান, দাশি শাংকম নম্বর ৪০ ;
২ ) শাজৎ, রাঙা, মিয়ংনায়েং নম্বর ৩০ ;
৩ ) শাওব, নোকপ কপ্প নম্বর ৩০ ;

নোবিনঃ— ফজব তামদোরিব Candidate শিংদু করি করি কিজেৎ শেৎহনগদগে ? চপ মান্নন শেৎহনগদ্রা ?

দেশঃ— মান মান পামগব পক্কদব শেৎনব য়াই। ফি থনব মচু থর্নন, মশক চাব খঙবসিন্নু, থানব য়াব মগুন অমনি। ফদি ফজরগ লৈতেং রৎতুন মনিং খুংদব, শেৎ চাদতুন শক কাদব য়াই, মতু ফজশিংগি মিৎন মেনখৎপিব তায়।

নোঃ— লৈবাক অদোম ফজব তাম্নবদি নোইব, রাংব লুম্ব অমসুং হকচাংশি তোঙান তোঙানব শরুক ওন্দুন ভম তুন য়েংনৈ। ফিন জোম জোম শেৎচিল ইন্সিল্লবদি হকচাংগি ফজব মওং মতৌ অশেংবদি অমত্ত উব ফংলরোই ঐগোম্বগি ঙসিগিসি কবম্ন উৎহন্নগদগে ?

দেশঃ— চাওরাক্ল য়েংলগ হেক্ক নম্বর পীনসি, পায়তুন ওনব তম্বদি কুপমনখরে হঙ্গোইনবস্নু য়াই, শুপী হায়বদমু অতুক কুপ্ন পুরীক্ষা তৌনদে। খুমক্তিস্ত্রগ ফজব উই হায়নৈ, অতুবু উদব শরুক ভাবন উবিব ফজশিংগি মথৌনি।

কৃষ্ণকান্ত— ফজশিংন থনবদ খ্বাইদগি ফজবীতু শ্রীযুৎ ইবুঙোন পামদে হায়রবদি কমদৌনি ?

দেশঃ— লৈবাকী আইন মতুং ইন্না শ্‌াইদগি ফজবীন মহারানী ওইৰ তাবনিন শ্রীযুৎৰ পাম্বিরবমু পাম্বিত্রবমু লৈবাকী য়েংডুন লুহোংবিৰ তাই।

নোঃ— মীৰ খনবিদৰ শ্রীযুৎ স্না পুক্লিংন তাৰ অতোপ্প রানী অম থিৰ য়াগত্র' ?

দেশঃ— নিংথৌ ওইরবনি হায়ডুন থা খুদিংগি মুপী অমমম লুহোংবদগি রানী ৭০০ | ৮০০ হেনৰ য়াওই হায়ন ইতিহাসত য়াম্ন থেংনখি; মায়াপুরগিদি 1st রানী নত্তন 2nd রানী থায়নরগা 3rd রানী থিৰ তাই। 3rd রানী থিত্রিবৈদ 2nd রানীবু অতোপ্পনিপা অমদ থাজরৰ তাই মতম অমদ কোম্নুংদ রানী অনিদগি হেন্ন লৈৰ য়াদে। রানী অমনৰ ময়াম কোম্নুংদ নমডুন থম্মগ লৈবাক্কি ইমুং মমুং য়াম্ন খৎনৈ হায়নৈ। মতম থেংখিদনৰ কম্পিটিসনসি হোইহৱৰ য়ারগত্রা ?

বিক্রমঃ— বড়মন্ত্রীন ভুম ফনি হায়বহু।

দেশঃ— অডুদি কর্ণেল।

কঃ— yes sir ( attentionদ লেপই )

দেশঃ— শ্রীযুৎকি স্নায়াথং মতুং ইন্ন Competition হৌৰ তারে, Semi final লোইরডুন finalদ কায়রবী Candi· date অহুমহু মান মান পামজন ফিজেৎ লৈতেংডুন চংহন্নকউ। মখোয়বু লোইন ready ওইরব্রাও ?

কা— ওাইডুন লৈজৰ কুইরে।

দেশঃ— অদুম্বি অহুম্মক চংহল্লকউ।

( Colonelন্ থোকথুগ মথোয় অহুম পুশিল্লকই, থবান চীংওই তমওই কেরকই, চন্দ্রজিনীন সারী শেৎড়ন বেঙ্গলী ষ্টাইল তৌরকই, সাবিত্রীন ইংলিশ লডী শারকই, পারব Frock, ganzee, খুনিংবাংবী থোংউপ শিজিন্নৈ, চংল্লকপদ অমন পঞ্চাঙ্গ প্রনাম, অমন নমস্কার, অমন " Hallo Good evening to all " তৌদুনা টুপী লৌথোকই। রাজা সাহেবন ওকই।)

কঃ— চৌকিদ কব য়ানি ( অহুম্মক কমই )

দেসঃ— মমিং হংউ।

কঃ— ইবেম্মশিংগি মিং অমুক্ত মথং মথং হায়বিয়ু।

চন্দ্রজিনিঃ কুমারী চন্দ্রজিনী ফিল্ম স্টার।

থবাঃ— থবা ম্যানবী বিএ, দেন্স এণ্ড টেনিস ষ্টার।

সাবিত্রীঃ—ইমিংন সতী সাবিত্রী, এম এ বিএল, জগোয়দ মেনকা, লেমাঙ্গ টেনিসকি চেম্পিয়ন।

( জজশিংন ইশিন্নি )

থবাঃ— এমএ, বিএল পাশকি Certificate লৈবিরা ?

সাঃ— নথো কল্লিস্থ লৈতে, Private certilicate নি।

থবাঃ— মায়াপুরগি টেনিস গ্রাউণ্ড, ঐগ থেংবখিব মুপী পুন্নমক ঐন থোইখিব ওাক্তনি। কয়ম্ব টেনিসকী চেম্পিয়ন।

সাঃ— টেনিসত ঐবু কনামত্তন মায়থাব পীখিত্রি, মায়খিত্রবদি চেম্পিয়ন নত্রাও ?

থবাঃ— করম্ব টুর্না.মণ্ট অফাওবদ কনা কনাগ শাৱবিশ.বগে ?

সাঃ— কৱিবো নংন ঐঙোন্দ উৰ্ক.ল শারবুন ক্রোশ ভৌশিন্নকই বচু বা ? ঐ দি কনাগম্ভ টেনিস শারক্লি, মরম অদুন অমুক্ত পোম্ভ্রি চেম্পিগবনি নং কৈদৌশেগে ?

থবাঃ— কৈবাক নি.থৌ মমাংদ নং মা শন্দুন ভাংগম্ভ ( মফি শেম্বৈ থংনগে ভোই )

কর্ণেলঃ— oder, oder, please, ( খাংদোকই ।

চন্দ্রঃ— থংনগনবী অনিসিগ ননাই ঐগ ফজব ভান্নবসি ঐন হেল্লে হাযন লৌবিব য়াখিরোইব্রা ?

কঃ— ভাইবো, তুমিন্ন লেম্ম অতম কৈয়ু ভান্নগদব ন্নাংলি ।

দেশঃ— শওং, শ.বান. শকফম রাশিদ নম্বব ৪০ বি আইটেম অসিদ নম্বব য়.ম্ন ফংনব ন ন নংন ফজনি খঙ্গবা জগোইগি ( ১৯ অমমম উংল ।

( হোগংতুন মফি শেম্বৈ মিংশেল লেংবৈ )

কঃ— শেমশাব লোইবিয়ো ।

Ready – one, two, three, four, five, six seven eight, nine, ten,

[ থিবি.ও মমুংদ পোজ অমম উংনৈ.ten ষৌবদ লেপনৈ । ]

কৃষ্ণকান্তঃ— এক্তোর প্লীজ ।

কঃ— অমুক ফনব ভান্নি । Ready please, one, two, three, four five, six, seven, eight, nine,

ten. ( লোইবর জজ অহুম নম্বর পী ) চৌকিদ পোত্থাবিব য়ানি ওহাক।

দেশ:— মথংগি আইতেমদ ; শাজৎ, রাঃ৪াং, মিৎয়েং নায়েংদ নম্বর ৩০ মি। উৎকদব ফিভম কর্ণেল নং তাকউ।

কঃ— নোন থওমব মুংশিনব মরুপ অম লাক্লে থল্লু। ফম্মিৎ চৌকিদু থারগ, কোইন কেন চৎতুন ফমুদ হিপ্লোই ফম্বো তোরগ করি থবক্কি লেংখিরকইবনো হংউ ? yes, মথং মথং তৌবিরো।

( চন্দ্রজিনিন ইকাইরপ হায়রিবদু তৌই )

মথং অম try তৌবিরো। ( থবান কয়া ইকাইদন হায়রিবদু তৌই ) your turn please

( সাবিত্রিন থোনা ফন হেন্ন কেন উৎলি। মুম মুম য়েংজগ জজশিংন নম্বর ইশিল্লি ) পোত্থাবিব য়ারনি।

দেশঃ— মথংগি আইটেম, হন্দক্কিসিন অরোইবনি, শাওব, কপ্প অমমুং লোকশদ নম্বর ৩০ নি। মউৎ তাকউ কর্ণেল।

কঃ—yes sir, মুম তাবিয়ু ঐন ready হায়বদি one, two three, হায়ব ফাও অশাওব শকফমদ লৈবিগদবনি।

চন্দ্রঃ— করম্ব শকফমদ শাওজো হায়রিবনো ?

কঃ— নিপা নিপাবু অতোপ্প মুপী অমন চেনখ্রে, হায়ব পাও তারে, মতুদ শাওগদব মশাওদু উ পিগদবনি। শেমশারো ওহাক্কং। Ready — মহৈ মহৈ উতনৈ, অমন মমিৎ লাওথোক মথা চিকই, অমন শাওরপ নোককেৎ তৌই ;

অমন খাক্ল খাক্ল নোকই )

One, two, three

( জজশিংন নম্বব ইশিল্লি ) চৌকিদ ফম্বিযু। হন্দক্তি, কম্প্লিগদবনি ! লংকৈদ ৈলত লায়রথিব চৎথিব অঙাং মপাদু শিবগি টেলিগ্রাম লাক্লে ! কপ্পব শেম শাবিরো। ready —

চন্দ্রঃ— হা ইবুঙো নচা পিশকশিং সি ছন্দোক্রম্নগ কদায়দ লেং-লবগে ? এদি মাংলেদনা।

থবাঃ— হে বিধাতা ইবুঙো নংগি নোংদমনিক্কো ! ( মপি তৈথোকই )

সাঃ— ব্রাংলেন মিকুপ অমত্তং ভাইথিরমথোনে, খংলেন মাঙ্গ পাম্মুবা ! ননাও লাইবক থিবীশু হৈনা নতুং ইঙ্গরক্লে ( ছুবী পায়ব মানব মথুংদ থবাক্ত থিঙ্গথ )

কঃ— One, two, three শিবগি টেলিগ্রামদু মীশক ওন্নরক্লে, শিক্লে, শেল য়াম্ন পুডুন নিপাদু থোরক্লে, য়েংউ—"হৈমা মায় পাবুং লেংলক্লবোইরে।" হায়দুন মোমোন লোকউ।

ওমকঃ— হৈমা মাগি পাবুং লেংলক্লবোইবে। ( মহৈ মহৈ মো-মোন নোক্লে )

( জজশিংন নম্বব ইনৈ, টোটৈল তৌনৈ )

কঃ— ময়াম্মক মপান্দ ফমদুন রিজল্ট ভাইথিরুরে, competition লোইরে।

( খুকম্মগ অহম্মক মপান্দ থোকখি )

দেশঃ— মিস সবিত্রী, এমএ, বিএলন 1st ওইরে কর্দেল, সাবিত্রী কৌশিল্লকউ।

( রাজাসাহেব তাবদ থংই, মুঙাইতন উই )

দেশঃ— থেংখিনবনি ঙসিমক লুহেংগদবনি।

কঃ— Miss সাবিত্রী এমএ, বিএলন Beuty Competition দ Ist ওইরে, Miss Mayapur ফংলগনি, মহারানী হাপ্লগনি।

( হয়াও হয়াও সাবিত্রী চংলকই, বড়মন্ত্রীম ওকই, কৃষ্ণকান্তন রাজাসাহেব হৌগৎহল্লি, মখুৎ শোক্লহল্লি, মখুদাং অনি লৌশিনহন্দুন ময়াঙ্গ ইন্নদুন চৎখি, Band partyন সলামী থোংই। জ্ঞান মাংদুন ফমদুন লৈরম্ব নোবীনস্থ হৌগৎতুন মতুং ইন্নখি। )

# হেন্নোইন পুংব

## অহানব মতাং, ৩ব উৎপ।

কোম্লুংগি মনাক্ত লৈব লৈকোলদ মুংদাং পুং ৮ তাবদ বিক্রমসিং অমসুং নোবীন মন্ত্রী অরুব রা অম চীঙ্ক তানরি। স্পাইশিংন উখিদ্রা হায়বগি চিংনবন মমিৎ মনা ইথক থকই। থাংমৈ মম্লি মম্লিব মচা অমত্তং থাল্লি।

নোবীনঃ— আইন সভাদ লৈরিব মায়াপুরগি মী ৫০গি মসুংদ ঐখোয়গি ২০, মখোয়গি ৩০ ওইরম্বতু শেলন ৩ লৈখ্রে ঐখোয়গি ১৭ তা মখোয়গি ৩৩ শুখ্রে। ফিভম অম অতোপ্প অকনব লৈবা'ক য়াইফব, অচুম্ব অমসুং ধর্ম্মব মায় পাকপদি ওইগনি থাজত্রে।

বিক্রমঃ— ঙসি ফাওব বড়মন্ত্রী দেশবন্ধুন ঐবু হাংলগ মান নিংথৌ ওইগে হায়ত্রিবসি ফন ঙকপ রা অমনি।

নোঃ— লৈবাক্কি ফত্তব পূম্নমক নিংথৌ পানবগি হৌরক্লনি হৌনবনি হায়দুন পাওথোক্লগ মহাক্ক লৈবাক্কি মরূপ, গনতন্ত্র গি চেম্পিয়ন শাদুন উং চায়রি মী থোমই। নিংথৌ পানবদ হৈনখ্রব প্রজাশিংবু কিবদগি ঙসি ফ্লাওব ইপু ইনায়খোয় থব্রাই হিংদুন লৈরিবনি। চহি অহু কাম্রে

অনৌৰ ইলেক্সন তৌগদৰ, মসি ফাওবদং ওাইরগ, মায়া-পুরদি প্রজান উৎন মমিৎ থুমজিনবন পাংব ওমত্রবদি অক্কনব লৈবাক অমগি মতেং লৌতুন লাল হৌনব, শিনব ভাই।

বিঃ— মহে হৈব জ্ঞান তারব প্রজা ফন ময়াম্মে লৈবাক অসিবু, কংশগি অবতায়, য়াবোন নিংথৌগি শায়োন ওইন পোকপ বড়মন্ত্রীসিবু মথোয়ন মশক খণ্ডব্রিব করিগিনো

লোঃ— অনেকপ ওবা, অয়ানবব্ব অচুম্ব অকব শাত্নুন তম্বিব হৈব, তলব চাওন চাব, যুষ য়াম্ব কংব পম্রিক লীদয় মশিং য়ামথৎলবন মীচম প্রজাগি য়াথল থয়ব শক্তি ছাৎপ ওম্মে। করিগুম্ব হিরম অমদ করি ্জৌলদ্দগে, কদায়ন লাল্লি কদায়ন চুম্মি হায়ব মরম্লাই থনম খুদোংচাব মী খুদিংমক্ত পীদনব হোৎনরি।

বিঃ— মীচম প্রজান মরম্লাই য়াথল থনবগি শক্তিবু চেং চাক ফিরোল থরগি উৎন খুমজিন্দুন থম্নবদি গনতন্ত্রগি অর্থ লৈত্রে, মী থরগি খুদোম্বী মতোন্দ লৈবাক অসি তোংদুন লৈব তায়। ওম্বোক্ত শুখে, তৌদোরিব ফিভমসি।

লোঃ— 1st য়ানীগি লিচৎপু কমদৌবগে ?

বিঃ— লুহোংব থা অম মথাই ক্ষায়ে, মবুকচেল শেংদে, মান তৌব থবক, ওাংব য়া খুদিংমক মতাৎ নাল্লি, ঐ থাজব ওমদে, পুল্লিংগি অচেৎ অকোম শিরকম, থরাই গ থরাইগ থেংনত্নুন পুল্লিগি পাওখোং তারভম অম

পাশ্মি মন্ত্ৰী সাহেব।

নোঃ— লৈবাক্কি আইনগি মতুং ইম 2nd ৰানী অম থবথিব ৰাই। ঐগি Bewty Competition অতুম থবা মানবীম য়াম্ব হেন্ন নম্বর পিশিগ্গবনে। করম্ন অতোপ্প ৰাজ অনীতুন সাবিত্ৰীদ নম্বর কা হেন্ন পিশিন্নুরিবনো থম্নবদ চিংনব অম পোকই।

বিঃ— Competition তৌত্ৰিবৈদ সাবিত্ৰী শাবীন ইকাই ইকি অমত্ত থঙদন হৌথিব মপোক্ক ঐগ মাগ খুংশিনথি থুংনথিদে হন্দক মপোক্ক থুংনসি হায়থি। করম্ন অচুম্বনি মঙ নত্তে হায়ব থঙগনি হায়ন হংবদ মায়াপুরগি মাইবী পাঞ্জিদ হংকিয়ু হায়। কোষ্ঠী পীরগ মী থাতুম হংহন্নুবদ মাইবী ও পাঞ্জি ওন অচুম্বনি হায়ন ভাক্লকই। মসিমু অঙকপ ৰা নত্ৰা মন্ত্ৰী সাহেব?

নোঃ— হৌথিব মপোকপু অহুক শেংন হায়রিবতুনদি অশেংব অশাব ৰা নত্তন করিম্নু নত্তে। হন্দক থবথিব মহারানীগি বড়মন্ত্ৰীগি Spy অম ওইরম্ব ৰাই।

বিঃ— ঐম্নু অহুম্ন থর চিংনৈ। তশেংব থঙনব করম্ব পাথে তৌগিগে?

নোঃ— অনীশুব ৰানী থিবিব ভারবদি কনাবু শ্ৰীমুহন থম্ন্নই ভাবিবগে?

বিঃ— ঐগি Tennis Partner ৰবামানবী।

নোঃ— মহাকপু 2nd ৰানী হায়দ 1st ৰানীন তৌরকপ বেমা

চক্রি নত্রগ ময়ারকপ ময়ারক অমত্তুং 2nd রানীদ মান চৎপ লিচৎ য়েংলগ Spv নি নত্তে খঙব য়াই।

বিঃ— অঙকপদি মন্ত্রীসাহেব লৈবাক্কী অফাওব পাঞ্জি অহুম, ফাওরবী মাইবী অহুম্ম মাম্নরকইব চিনখুম অসিনি।

মোঃ— ঙকপিরুম্নু রাজাসাহেব, মখোয়্না ইনিংথৌবু লাইন থারক পনি, বিষ্ণু শক্তিনি খল্লম্বদু, অয়াম্ব মায়াপুরগি প্রজা মবুকচেল ওনখ্রে, দেশবন্ধু বড়মন্ত্রীন মখোয়গি ভাগ্য বিধাতানি হায়নখ্রে। অপঙব প্রজাশিংন মমিংদ মরমচৎ ওইরবোই নিংই. লৈবাক্কি দুম্মনবু পহিলা নম্বব মরুপনি খনখ্রে। ঐখোয় পুম্নমক তমথীরব চণ্ডাল অসিগি লাংদ থুরব শা ঙাওম্বনি।

কুমারীঃ— ( পরপ পরপ লাক্লগ ), কোম্নুংগি গার্ড খর, অসোমদ রাউণ্ড লাকই, অরেম্বদ চিংনযির্দনব সঙ্গাই মম্নুংদ লেং-শিনবিবন ফগত্রা ?

বিঃ— ( ফিংলপ্ন ) মহারানীদি কৈদৌছৌই ?

কুঃ— ফমুংদ চেপহৌই, তুম্মিত্রা তুমশিনরিত্রা ঐ অশেংব হায়জব ঙমদে।

বিঃ— ঙরাং জগোই য়েংউবগি তুম্ব রাৎতুন শিজৎপ ওইরিনি।

মোঃ— ঐ হঞ্জরগে লেংশিনবিরো।

বিঃ— পুং ৮ দ তারি রারি শারুখিসি।

( পরপ পরপ চৎমিন্নখি খুৎ শম্নতুন )

---

# হেন্নোইন পুং-ব

## অহানব মতাং ৪ শুব উৎপ।

কোন্নুংগি ফজরব কা অমদ ফম্মুং মচা অম থারি, মনাক্ত মেজ অমম্মুং চৌকি অহুম লৈব উই, মেজ মথক্ত থক্লব লিক্লিং চানব পোৎ চৈ কয়ামরুম থেন্দুন থম্মি। Telophone rceiver লৈ, চৈ অমম্মুং চিঠি থরম্মু উই। পুং ৮॥ তারে সুংদাংনি, মহারানী সাবিত্রীন টেলিফোন্দ য়ারী শারী, লাল্লগ্নী হুকুম ওাইদুন কর্ণেল রামসিংহ এটেনসন্দ লেপই।

সাবিত্রীঃ— ( টেলিফোন পায়দুন। নংথু কনানো নহায় ? ওঃ নংন পামইব ফম্মু করি ফম্মো ? এসিষ্টেন্ত সেক্রেটারি হায়ব ? হা হা হা হা সেক্রেটারী শাগ্নিরগ নং হয়েং ঐবু কাওব জাৎলা ? — ওঃ কেঃ চীফ মিনিস্টরদ হংথিগে হয়েং থগুনসি। ( থমই ) কর্ণেল।

কর্ণেলঃ— Yes, madam

সাঃ— হোজিক পুং ৮॥ তারে। ওসি নোংয়াই মতুং পুং ১ তাবদ ( হঙ্গৎ হন্দা ফন্দুন চৎলগ রাখল তৌই। ) ঐ মী অম উয়ব পামই।

কঃ— আজ্ঞা।

সাঃ— পুং অম ভাকদ, চপ-৷চান পুং অম ভাকদ অচেৎপ অরুব বা অম ওাংনব পামই।

কঃ— আজ্ঞা।

সাঃ— কনাগনো থওত্রা ?

কঃ— থওজদে আজ্ঞা।

সাঃ— চীফ মিনিষ্টরগনি অপওবা। শোয়দন পুরকপা ওমগত্রা ?

কঃ— মমাই এন ওম্বমধৈ হোৎনজনি।

সাঃ— হোৎনব হায়বদে, বুহু। নিপান অতুম পাওপুম পীব হৌনত্রা ? শোয়দন পুরকনি হায়য়।

কঃ— শোয়দন পুজরকনি আজ্ঞা।

সাঃ— অতুম হায়ত্তদন। ( মথজাইদ নানবিরগ ) অতুম নিপা থোক্লবদি ঐন নংবু জেনেরেল হাম্নিগনি। কন্নিগি জেনেরেল দ ওইগনি, ঐন থাজব মাব নিপা অম ওইব মতু ঐন চীফ মিনিষ্টর কাওব ওইহনগনি। থাজত্রা নং মুপী ঐপী শক্তি ?

কঃ— করিমত চিংনজদে আজ্ঞা। ( মেজর চৎলগ সাবিত্রীন সিক্লিদগি ময়াগত হৈরগ মহি অম পিথকে ভোবদ Palace গার্ড মিলিটরী অম লাক্লগ সালাম কৎলে )

গার্ডঃ— মাপ ভোবিগনি আজ্ঞা ইলনা।

সাঃ— করিনো হেক্ত হায়য় ?

গার্ডঃ— শ্রীযুৎক অমীওব মঙীগ অশোবদ লেৎমিনবিরকই।

সাঃ— লাকসন্থ, ঐবু হংনবদি থংনব কাদ চেপই, মাঙ দুগাইব

নাখোকতুন তুমই হায়। ( সলাম ভৌরম্মগ গার্ড চংখি )
কর্ণেল নং, হোরেল বড়মন্ত্রী পুরকলব অয়োনব গুরুংগি
লাম্বীসিদ খোকখ্রে। ( চংহনখি )

( সাবিত্রীন ফিংলপন থংনব কাদ নাখোকলমজুম চংখি। নিংথৌ অমম্বং মন্ত্রী চংলরুগ চৌকি অমমথদ কয়ে। কুমারীন স্নাম্নাথং ভাইদুন লৈ। নিংথৌন ইঙ্গিৎ তৌবদ কুমারীন ইমুংদ য়েংশিল্লি খোংনাওদগি। )

কুমারীঃ— য়াম্ন মুঙাইন চেপই।

নিংথৌঃ— থৌনা কগংগ পোৎ অম থকে।

কুঃ— কনি আজ্ঞা। ( মেজদ য়েংলম্মগ চিংনব উংতুন খোকখি।)

নিঃ— ( টেলিফোন পায়থংলগ ) M. B. 504, নংবু কনানো? Darling থবামানবী। ঐ পুং ১০দ মখোয়দ লাকবি, ( ফোন থম্মি ) মন্ত্রীসাহেব, মঙোন্দ গুসি য়া অম হংলগ মান য়ানিংলবস্লু য়ানিংব্রবস্লু। থবাবু অবিগুব য়ানী হায় ভারি।

নোঃ— থৌনা থর য়াওয়বদি থবক য়াদে। নিঙাই থর চাওব অঙাংন ওখোক থর য়াম্ন চায় হায়ব পাওখ্রো অদু অচুম্বনি আজ্ঞা।

( কুমারীন লিক্রী অমদগি গ্লাস অনিদ থর থর হৈরগ লাম্বিল্লি। অনীন থর থর থকতুন য়ারী শাই। চুরুট অমমম থকই। )

নিঃ— মখিংল অম মশক্ক অম, মপুংদ পুরিব ভাবন অম,

মীঙোন্দ মপান্দ উৎপন অতোপ্প অম। মসিগুম্ব মায়া অসিবু করিমত থিংব ঙমদন, মুংশিন্নয় পঙলব প্রজাশিংমু ফত্তবশিংন ওৎনৈবসি উন উন থাংদুন লৈব ঙম্মগোই মন্ত্রীসাহেব। নিংথৌ ওইব ভোকতুন মীচম প্রজা অম ওইরগ মীচমগ তোৎনত্তিন্নদুন অনেকপা থবরসিংন পীরিব পাও, শেঙ্গাব নেতাশিংন তৌরিব নমথাকশিংদু ঙাক্তক ফল্লগ মুংশাদ ফোৌবন পাল্লক্লে মন্ত্রী সাহেব।

নো: — তপথবিয়ু রাজাসাহেব, মদুগি থবক্তু ননাই ঐখোয়ন থয় থয় হোৎনজরি। মী থরবু মতম থয় নমথাক তৌব ঙন্নবসু মীয়াম পূম্নমকপু হিংচাব থরন ওৎ নৈদুন থম্ব ঙম্মোই। ভাব ভাব প্রজা মশিং কন য়াম্ন লৈরিবনি, লৈত লায়রবন পন ওইন থিংদুন পুনশিনব ঙমদ্রি লিংজেল মান্নন অপূনব থোল্লাও থোকহনব ঙমদ্রি। মী থরদংন হঙোইমচাগুমন থোংবনদি লুপা পৈসান নোং-জুথাগি নোং থাক খোংবগুম হৈথরকপদ ময়েক শেংন তাহনব ঙমদে।

নিঃ — হঙোই মচাশিংগি মখোলদু হোৌব হেন্নব ঐসু য়াওশিনব তারে। নিংথৌ ওইব ভোকপগি মরম পীনিঙাই লৈনব নিঙাই ঙসিদগি হৌরনি। ঐসু মী অমনি, ঐ মী অমনি।

( সাবিত্রীন মিহুত্তগি য়েংই অমসুং তাবি ) কুমারী।

কুঃ— আজ্ঞা।

বিঃ — মহারানী সাবিত্রী হোদোকউ। ঐন হোগৎলকউ হায়রু।
( কুমারীন চংখ্রগ হোদোকই। সাবিত্রী মমিৎ নোইদুন তুম্মুৰ শাদুন থোরক্লগ নিংথৌ খুকমই। )

সাঃ — আজ্ঞা, করিগুম্ব য়ায়াথং তাকপিগদব ?

বিঃ — কন্থু রানী রা অম ভারসি।
( সাবিত্রীন কমই চৌকি অমদ ) পাপ্তি থরদ দশা য়েংউ-বু চিমথুম মারন ফাওরক্লে। ঐগি পুন্সি শাংননব অনী শুব রানী, অম পরপ পরপ থিব তারে। নংগি করি মোত লৈ ?

সঃ — কনাগি পাপ্তিন ফাওরকপনো আজ্ঞা ? থাজবিরুত্মু। নিপান উজাওনি সুপীন উরিনী, উজাওন তুখ্রবদি উরীনি য়েংক্লম লৈরোই হায়দুন মতম লৈব থিবিক্ত উজাওগি পুন্সি ঈশ্বরদ নিজরিবীনি, পাপ্তিদ হংজরুবদদি অনীশুব রানীগি মথুংত নক্রগ হাক্তক্ত শ্রীযুৎকি মাইথীব থোকপ য়াই। করম্ব পাপ্তিন ফাওরকইব ওইরবনো ?

বিঃ — ঐন থাজব পাপ্তিগি রানি, মশক মমিং হংদুন কারদে রানী।

সা.— সুশীথি করি মমিং কৌবগে ?

বিঃ— থবা মানবী।

সাঃ— ওঃ খঙজরে। থবাইনবু তারবদি পাপ্তিদি পরক্লে হেক্ত হায়বনি।

বিঃ— ঐন য়েংউরিব পাপ্তিদু মীন নেকপ য়াব পাপ্তি নত্তে।

পাঙ্গিগি রা হংক্লুন কান্নদে অনীশুব রানী খিবগি মবমদ নংগি করি মোত লৈবগে ?

সা:— মপুরোইব নিংবী হিন্দু সুপীন মবুঙোন অপান্ন থবক্ত রৈশায়ব হৌনদবনিন অনীশুব রানী অম ঙসিমক কোমুংদ পুশিনবিরকপদ ননাই সুবীগি করিমত থেরা লৈজদে।

বিঃ— অদুদি নং খংনা চৈনব তৌব য়াদে, চয়োল অসিগি মমুংদ ঐ থবা মানবীবু অনীশুব রানী ওইনা পুশিন্নকনি। মন্ত্রী সাহেব, হিরম অসিদ চীফ মিনিষ্টরগি রা তাব চুব্রা ?

নোঃ— আইনা অনীশুব রানী খিব য়াই হায়বনিন বড়ঃমন্ত্রীগ তান্নব য়াই তান্নদব য়াই, পাও খঙহন্দবদি য়াদে।

সা.— ইবিংথৌন ভৌনিংব থবক্ত বড়মন্ত্রী মাগি মথৌ করি লৈগবরো।

বিঃ— অদুদি রানী. ঙসিদি ঐ কুমৈ অম য়েংব চৎপ তারি, থব থেংনকপসু য়াই।

সাঃ— নোং তানবিরক্লবসু থেরা লৈজদে।

বিঃ— চৎলসি মন্ত্রী সাহেব। কুমারী. নং ঙসিদি ইতুং ইরনু সুঙাইনা তুমজহৌরো।

কুঃ— আজ্ঞা স্না চরনগি কৃপানি। ( খুরুমই )

( নিংথৌ মন্ত্রী চৎখ্রে )

সাঃ— নং ঙসিদি ছুটি কংলবনিন তুমজরুরো।

কুঃ— কৃপানি আজ্ঞা ইবেম্মা। ( চৎথি )

সাঃ— ( টেলিফোন পাম্বৎলগ ) M, B, 504, Hallo ! ycur gueen Speaking, পেলেস্তা হুজিকমক অমুক লেংঙকও। রাজা সাহেব লৈতে, কোইথ্রে। লমাই রারী অমত্তং খাজনিংহুন। Thank you, ( থমই ) ( প্রান্ত ফিক্রীদগি খন্ন হৈবগ থকই। Calling bell খিংই। সাবিত্রীন হন্নংহন্দা চৎলি। Military dress ডা অর্দ্দালী অম লাকতুন সলাম তৌরে। )

সাঃ— অর্দ্দালী, চীফ মিনিষ্টর লাক্রবদি মকম অসিদ চংহল্লকউ। অতৈ অঁতে কনামত্ত খাজিল্লকপ য়াদে। ভাব তাবত্রা ?

অর্দ্দাঃ— খঙজরে ননাই ঐ।

সাঃ— অদুদি নং রাজাসাহেব লেংলক্লবদি কমদৌনি ;

অঃ— লেংশিনব য়াদে হায়জনি।

সাঃ— করিগিনো হায়রবদি ?

অঃ— চীফ মিনিষ্টরগ মহারানীগ অরুব রা অম তানরি হায়জনি।

সাঃ— অদুম হায়রবদি নঙকত্তু য়াওগ্রে বুদু। নং হুজিকমক খবক তোকপ পামত্রা ? লীচৈদু কদায়নো ?

অঃ— কৃপা তৌবিয় আজ্ঞা ইবেম্মা, ননাই ঐ লাক্লাইদগিনি, সহরগি চৎনবী খঙজদহুন তৌবনি।

সাঃ— চীফ মিনিষ্টরগ ঐগ রারী শান্নিতৌদ করিগুম শ্রীযুৎ লেংশিল্লক্লবদি করি খুমগনি চুম্ম হায়ব ওমবদি থৈ, নত্রবদি নং চহি ৫ জেলদ লৈগনি।

অঃ— ( কিন্তুন খন্ন নিক্লগ ) অং— আজ্ঞা ইথোয়দি লেংথোকথ্রে,

জগোয় রাস থুরুম্ব ওইরমাল্লে থস্তে হায়রন থুমজনি।

সাঃ— ফস্বে চৎলো।

( অর্দ্দালী চৎখে । সাবিত্রীন ফমুংদ ভহাক ছিপই ইশৈ ভংক্লন। চীফ মিনিষ্টর মখোঙ তপ্প তপ্প থাংক্লন চংলকই। সাবিত্রীন উদে।

দেশঃ— ইবেম্মা নত্রাও ?

সাঃ— লেংবিরক্রবোইবে মুংঙাইরেদ সত্য।

( দেশবন্ধু চৌকী অমদ ফমগে তৌবদ )

চৌকিন মুঙাইদ্রা, ফমুংদ লেংশিনবন মু ঙাইত্রা ?

দেশঃ— ফমুংদ তৌহৈদে. চৌকিসিন য়াজবনি

সাঃ— আজকালসিদি মন্ত্রীসাহেব তৌহৈব তৌগৈদব ধর্ম্ম অধর্ম্ম করিমত্ত লৈনদ্রেদ।

দেশঃ— মতুদি দেশ পাত্র হায়বগুনি। করিগুম্ব অরুব ম্না য়াথং আকুপিগদব ?

সাঃ— রাজ সাহেবন ঙসি এঙোন্দ পুন্সিনব অনীশুব রানী— খিরবি, ঐগি মোত কবি লৈবগে হংই। ঐন অনীশুব রানী খিরবদি পুন্সি তেনগনি কনাপি পাঙ্গিন পুন্সি শাংগনি হায়বগে হংববু তাকউ য়াদে। ঐগি পাঙ্গিন চুম্ব হেম্বর থবক অম শিনব তারি।

দেশঃ— মতু কস্তে মহারানীজি, লৈবাক্র মিংথৌ অম লৈব পামই। অনীশুব রানী অম থিব য়াই হায়রন আইন্দ লৈবনিন শাওনিংলবমু থাংবিব তাই।

সঃ— 2nd রানী করকপিপোৎ নত্তে বড়মন্ত্রী। অদুগ রা ১দি হংজগে, নিংথৌনদি অনীশুব রানী থব রারগ, মহারাণীনদি অনীশুব রাজা অম থব রারোইজ্রা ?

দেশঃ— ক্কেংব অনীশুব রাজা থবসি মায়াপুরদ থাইনদগি চৎনরক্কে।

সাঃ— থাইন মীচং মীথায় মাইয়িত্তেদ হৈজরব আইন্দু পুকচেল চাওরব বড়মন্ত্রীম করিগি হোংদোকপিত্রিবনো ?

দেশঃ— অশেংব হায়নি থুমভন হৈজদে অহায়নীজি, নিপাগ সুপীগ অধিকার মায়হল্লবদি চুম্মব মতম্নি। অনৌব five year planদ সুপীগি অধিকার থয় হেজংবব হোং-নজগে। মরক অসিদ দরকার হৌবিরগ Private রাজা অম থম্বিব য়ানি।

সাঃ— অদুদি চানবিবদি চানবিব হৈবাক্কি কাজনবাগিদমক বড়মন্ত্রী মদৎ অম তৌবিব তাবে।

দেশঃ— অরুম ইত্তেং পীজগনি তাকপিসি।

সাঃ—অচম্ব মীবু 2nd রানী থক্কবিংদে মম ংত্তেদ ঐবু চানবিথিবগি লমন শিংব অইব মতিক চারব বড়মন্ত্রীব ফম অপ্পি কাবিয়ু।

দেশঃ— ঐবু হাংত্রা ? (গুক্কুন রাখল তৌই)

সাঃ— নত্রবদি অত্তৈ ফজান মতিক চাগদগে ? (লিক্নীদগি হৈক্রুন গ্রাস অম পী, বড়মন্ত্রীন চিংদরপ থকই, মরৈদদি চিক্রন থকই।)

( কুমারীন মিহুৎত য়েংই রানী শাব ভায় )

সাঃ— মতম খরগি মতুংদদি মতিক চাদব নিংথৌ লৌথোক্লগ বড়মন্ত্রীন সিংহাসন্দ কাবিবন লৈবাক্কি মঙ্গল ওইগনি। কোনম নিংথৌ ওইবিনিংগ্রাও ?

দেশঃ— লৈবাক প্রজা কিবগি তৌবনি চানব নিংথৌ ওইনীংদব মী লৈব হৌরদে পুকচেল ফজবী।

সাঃ— ঐন হায়বদ ইনবিয়ো মচু থোক্লব ঐ শিক্লগে। লম্বী থোক খর, স্কুল হাসপিতাল খর বড়মন্ত্রীগি মিংদা লিংখৎ-শিনগ— দান খর তৌরগ খবর অনীদং নেকতুন থাগৎহনবদ নিংথৌমু লোইশিন্নবদি বড়মন্ত্রীন কাখৎপিরো লাওনরকপ লৈবাক প্রজাগি মথৌনি। ঐন হায়বদ য়াবিয়ু নীংব পুন্নমক লোয়ন থুংগনি। ইহান হানবগ নিংথৌ, সেকেন্দ রানী, মখংদ বিশ্বাস য়াটক অনীশুব মন্ত্রী লোইশিন-গনবনি।

দেশঃ— ত্তাকপিন্নিব য়াসি সেকেন্দ রানী থিবগি মৈচাক্ত ওাওহুন লোনব চোয়রোল নক্কেকো ?

সাঃ— থাজব হেক্সৎনব য়াশকত্ত হায়ব্রা, অপাম্বল হায়বিয়ু।

দেশঃ— ঐন কুইন ওাইজরকপ লম্বীগি থোঙ্গুন, অম ফংলে। য়াম্ম সুওাইরে মহারানীজ।

সাঃ— মহারানী পামজদে। চান্নবী হান্নবীয়ু।

দেশঃ— য়াম্ম সুওাইরে ওজিগি চান্নবী।

সাঃ— হেন্ন সুওাইনব থিজিন্তুং ফানবিথো।

( লিক্লিদগি য়াস অনীদ হৈরগ থকমিয়ে। হৈদুন হৈদুন থকপদ ভাওয়রক্লদুন সাবিত্রীন জগোই শাই, বড়মন্ত্রীন কাকৈ কাকৈ থা'দুন ফমুংদ হিপ্পথি। জগোই থর শারগ লৈমাইদ সাবিত্রী তুখি )

*Curtaim*

*for*

**1ST DROP**



# হেনোইন পু-ৰ

## অনীশুব মতাং, অহানব উৎপ।

Palace কি Festival hallদা, মখল মখা অম্নাম্ব শেম শাব অমসুং লৈতেং য়েংছুন বিক্রম সিংহ অমসুং 2nd Rani Inspeet তৌবি। মেজ চৌকি কয়া থারি, ফজরব কুম্মৈ জগোইগি Hall লৈ।

মখুৎ শমছুন বিক্রম সিংহ অমসুং নৌন হোংবদ ঙাইবিবী থবামানবী য়াম্ব কেন ৰাৰী শাছুন হোলছু য়েংছুন ঙাহো ঙাহো চৎলি।

বিক্রমঃ— নংন নীংব থুংলত্রাও?

থবাঃ— নীংব থুংজরে, শিরস্ত ওক্লে। লৈবাক মীয়াম ঐবু লক্লবছু ওরাং লুহোংবদগি কোক্লে।

বিঃ— করি হায়ন লক্লিব?

থবাঃ— রানী ওইনি হায়ছুন পোংলব লাইমিক হৈবী থবামানবী শ্রীযুৎন হম য়েংবিখিত্রে অক্লাওবী অম লৌখ্রে হায়ছুন।

বিঃ— শতুম চেনব লংজাবু অতৈন কলকতুন ভাম্বগুম মীয়ামগি মকোক্ত ফম্বগি নংবু মীন কল্লক য়েংথীগনি। চাব থকপ চোকশিনগদবনি। 1st রানীন নংগি মাংনব শিঙ্গব য়াই

খুকউ শেন্দুন লৈগদবনি।

থবা:— শ্রীযুৎন মসি তাকপিগদবসিন ওইরমালে ঙরাং ঐগি মঙ ওস্তোক্ল মুঙাইখিদ্রে।

বি:— মঙদ করি উরম্বগে ?

থবা.— শ্রীযুৎন শাদানব লেংই. ননাই ঐন তুং ইঙ্গে, মফম খঙহৌদন লম্মৈ চাক্লকই, ঐবু হুন্দোকপিরম্মগ শ্রীযুৎন কদোমদনো খঙদে লেংখি, তমথীরব শান ঐবু কোইশিল্লশ্বি কম্ল ল্যাওবদগি মিকপ থোকই, হকচাং পূম্নমক হুমাংন পুমচোৎ চোংলি। ( কপ্লি কপ্লি তৌই )

বি:— মঙগি রাবু রা ওইন লৌরুম্ন রানী। হকচাং মুঙাই-ত্রবস্থু মঙসি ওস্তোক ওস্তোকপ মঙ মঙই।

থ:— ( মথুদাংদ কোন্সিল্লগ ) মঙদ হুন্দোকপিরম্লবস্থু তাইবংদদি ননাই ঐবু থাদোকপিরমগন্থু।

বি:— নংবু হুন্দোক্কে হায়দুন হাপ্ল রানী নস্তে। থাজবা ম্লাদবী রানী অহনগি মমাংদ লেম্লগে হায়দুন লৌরিবনি। অ হুমশুব রানী অমুক খিগদব নিপাম্থ নস্তে ঐদি, নং ঐগি পুন্সিগি খোঙলোয়নি। ঐগি য়াইফমব য়েংশিন নংগি নথৌনি।

থ:— থরাই য়াওন ইথৌ পাঙনব হোৎনজগনি।

বি:— মতম ওইরে মীয়াম লাক্লরনি, নংবু ঙসি হোল অসি জগোয় শাব য়াওগত্রাও ?

থ:— শ্রীযুৎ স্না য়াথং স্থুম ফগনি হায়বস্থু। ( থোকমিল্লখি )

( অথাব মিৎয়েংন মহাবানী সাবিত্রীন য়েংহৌই, মথুংন মতুংদ হৎতুন বুজাবীগি পোষাক শেৎপ খদাংচেৎ লাকপ নিপাবু কৌথোবই )

সাঃ— নং কয়ুম্না বুজাবী ?

বুঃ— লাইশ্রমনি আজ্ঞা।

সাঃ— লাইশ্রম মচা তাকু নংন শুবময়ুম শাদুন কোন্নুংগি বুজারীহন কারিবসি কনান কাহনবনো ?

বুঃ— আজ্ঞা ইবেম্মগি কৃপাননি।

সাঃ— ঐন নত্তে, বুদ্রু নংগি নবিংজেলন কাজবনি। ঐন মুং শিদব ইমুংদ নংন লুট চংবগি মনানি। নহাক মুবিদাব মেজর ওইব পামগ্রা ?

বুঃ পোষাক ফজে. তলব চাওই, হ—হ পামজে আজ্ঞ ইবেম্ম।

সাঃ— অদুনি ওসি নংগি পরীক্ষা মুমিংনি। হোয়েল বুস্মে লোইরগ চা অমমুং মিঠাই য়েনবদ ঐন হায়ব মীশকতুগি'দ চেদ য়োমইব ( লিক্লি অমুব অমদগি চেদ খর য়োম্ব ) মকুপশি তংপাই তংখাই থাদগদবনি, ওমগগ্রা ?

বুঃ— ( য়েংই লৌরগ ) মকুপসি লৌখৎলগ ২রক্তং থাদববু কয়া রাব থবগো, করিম্নু লৈতে মুবিদার মেজরদ শোয়ুহনবিগমু মী ওইন পোক্লগ মরক ময়াদ লৈদো শরুক গুলি মরক্ত চংবমু নত্তে নাই ঐ লাইবক য়েংজগে।

সাঃ— লাও ইতুং ইমকউ। মথৌনা লৈব মরৌশিং সিজিন্নব মীদন তাইবংপান অসিদ মুংতাই য়াইকগদবনি ধর্ম্ম

অধৰ্ম্মগি ৱাসিদি অপঙৱ মীবু শুমহৎনৰ. পাংদৱ মীবু কিহল্লৱ তাংনি ( চৎমিন্নখি )

( বড়ংত্ৰী অমস্তুং মাগি সুপী ৱাবী শাদুন চংলকই )

দেশঃ— যুমগি সুপীদি যুমদ লৈখ হৌনৈ, কৱি কান্নবি সুপীন কুম্মৈ ফিয়োংদ নিপাগি মতুং ইন্নদুন, অঙাং মচাদোন ইকাইত্ৰাও ?

তম্পাকঃ— মহৌশাদি পংইন ইনগে হায়ৰজৰমদে, হন্দক মৱক ঐন খৱ কোন্নুংগি কুম্মৈ ফিহোং লুহোং খোংদোংব, হৰাও কুম্মৈদ য়াওজনিংইবসি ইমও কয়া মুঙাইজদদুন তৌবনি। ৱায়োৰিম্নু বড়মন্ত্ৰী।

দেশঃ— মও মুঙাইত্ৰগ কোন্নুংদ কাবদ ইতু ইল্লগ ফগত্ৰাও ?

তম্পাকঃ— হন্দক মৱক খৈদেন সুপীন লম্বীদ স্তুম ৱাৱী শানবদ কোন্নুংদ হেলোই থোকই, ওক্লবদি হিংদে হায়নৈ।

দেশঃ— নংন কোন্নুংদ কাৱকইবসি হেলোই ওক্লদুন শিনিংলত্ৰাও

তম্পাকঃ— লৈবাক্ত ঙাংনৱিব হেলোয়সি বড়মন্ত্ৰী সুপীমদি কৈকু তৌবিদে, মান ফাগে তান্নবিবসি মথন্দ চৎপ অচুম অৱালগি বিচাৱ খৰ ৱাৎপ নিপাবুন খৰ হেল্লি হায়।

( চৌকি অমমমদ ফমৈ )

দেশঃ হেলোয় ওক্লবদ ঐবু ইথন্দ চৎলগ াকনি হায়দুন ভুং ইল্লকইত্ৰাও ? ঐবু খৈদেন সুপীগি হেলোয় বিব মীশল্লাও ?

তঃ— কিশন্দৰ লমহেনৰ নিপাসি ওইৱে হুজিকি হেলোয়সিন

য়াম্ন পুনিংইব বডমন্ত্রী, মবম অদুননি ঐন তুং ইঙ্গবকইব।

দেশঃ— হেলোয়চ থেংনকব খৈদেন মুপী য়াওবব্রাও ?

তঃ— মী য়াম্ন থেংনবে বডমন্ত্রী ।

দেশঃ— কমদোই ছায়বগে।

ত — ঙাওবি ঙাওবি জগোই য়াম্ন শাব হৈ হায়। জগোইদি হৈতে ঐস্নু ঙসিদি কোম্নুংগি হোল অসিদা অঙম অথৌ মমাংদ ঈশৈ মতেক অম শকপ তাবিয়ে।

দেশঃ— জয়দেবকি ঈশৈবা লাই গোবীগি ঈশৈবা ?

তঃ— নথৌ লৈতে শক্লিংব অম শকনি।

দেশঃ— ইমা'ন লৈমিম্নবকইব চহি ১১-১২ শুবে, নোংমত্ত ঈশৈ ঙংব তাদে। করম্ন ঙসি অঙম অথৌ মমা দ ঈশৈ শকদোরিবনো ? নং ঐবু ইকাইহনগে হায়বসি চপয়ুংন লেপ্লব্রাও ?

তঃ— কৃপা তৌবিয়ু বডমন্ত্রী, জগোই ঈশৈ হৈতবী মুপীসি নিপান মী ওইন থানবিত্রে, মদুগি মুংঙাইমন্দ্রদুন ঙসিদি ঐন থোকপ অম শকতুন য়ুমব.নবী মুপীশিংগি ইজৎ ঙাকপ ঙমব্রা য়েংকগে ।

দেশঃ— ঙাওশিম্নমু তম্পাক. ঙাওশিম্নগদব মঙম লৈ, মফম লৈ। ( নোবীন অমস্নুং মচা নবকুমার চংলকতুন নমস্তে তৌরগ কমই। নাকল অমদগি কৃষ্ণকান্ত, কর্ণেল অমস্নুং ভবোক অতে অতে চংলকই "নমস্তে" তৌরগ কইরে। দা-রোগা ২গ লোইনদুন মহারানী চংলকই ময়াম্ন হৌগৎলি।

মহারানীনা বড়মন্ত্রীগি মনাক ওইরম্ল কমই। দারোগানা অনীন গেট অনীদ ঙাকই। অকোয়বদ শ্রীযুৎ বিক্রম সিংহ সেকেণ্ড রানীগ চংলকই মিলিটরী গার্ড য়াওরকই বেন্দ পার্টিন সালামী থোংই। মরাম হৌগৎতুনা ওকই। থাম্বিব সিট্টু ফমই সেকেণ্ড রানীনা 1st রানীগি মথক্তা ফমই।

দেশঃ— কর্ণেল, কুমৈ হৌনব শেম শাম্লো।

কঃ— য়াম্ম ফনি ( চংখ্রগ হইসেল থোংবা Screen হায়দোকই, হায়জিন্নি। খৈজদ থোয়রুগ )

কর্ণেলঃ— ইবেম্মাশিং কনাগুম অগোম ঈশৈ উৎপিনিংব য়াওর-বদি উৎপিব য়াননি।

তম্পাকঃ— ঈশৈ অমত্ত শকচগে। ( মথাক মুথাক থুই, বড়মন্ত্রীনা ইঙ্গিৎনা থামই, য়াদে খৈজদ কাখংবি )

## ঈশৈ

কালেন নৈতেজাই পিরাইহুন
মালেমদ থংকাও কাঙ্গিরবী
লমকেং লমহাননি নৈবাকনৈ
কবা কুইন অথনলোমি শকাইপেইজক শামরকনাকু।
মসিন মাপিনি অথেংবনি,
শুন মীগিনি থোকিউকনে,
তুংবরোল খওমবী নৈরনশী

কয়া কুইন প্ৰাওখিরোরি খৈয়েন চৈঙ্খন কাক কাক !

অসুমক হৌরু মথাং নমথিরী

কুমথি নেমজ হৌ হৌ চোংবী

কক কক্পা চোংশংলী নংবু

কয়া কুইন লাংথরোরি মোৎপাক নবাহু কুরুখিনি ।

( ঊশৈ লোইবদ মমাম খুবাক খুনৈ। তম্পাক কুমথরগ কর্ণেল থোরকই ।)

ক:— মথংদ চন্দ্ৰকিরিনী অগোই ?

( মমাম খুবাক খুই খৈরদ কাপৎতুন শাই )

ক:— মসংগি Item Light refreshment

( বুজারীৎন থোরকতুন চা অমসুং অতুম অহাও য়েন্নি। থকপা থম হৌবরগ নিংথৌদু কমকমদগি তুরকই। মমাম কয়িনো হায়দুন ওকৈ, নিংথৌবু শোগংলি।

নিংথৌ:— ওসিগি চা ( থকপিরুসু ইজিং তোরগ লেকথখি।)

দা:— ডাক্তর, ডাক্তর! কর্ণেল, ডাক্তর কৌরকউ। ( ডাক্তর শরপ লৌরগ চেনকদুন লেংই। শাদুন অমসুং য়া ফাক-তোকতুনা লেংই। সুংনা যীব উই। ]

ডাক্তর:— I am Sorry. মতম লেংল্ল মায়রোই। শাথিরব হু থম মাংখির থারে। Post mortem examination তোৱগ থত্নবি মতামগীদি।

দা:— এ মাংলে, এ মাংলে। মাগীগী সভ্যবান যমরাজন পুখিল্লে।

( ঙিংথৌগি মনাক্তা ভুশিরি, অভৈস্ত, কপ্নে ওকৈ, রাবৈ ।)

থবাঃ— (কপ্ল কপ্ল) আজ্ঞা ইবুঙো, ননাওবু ছন্দোকপিদুন লেংওই হায়বিবদায় ছজিক্তি কদায়দ লেংলবগে ?

কুমারীঃ— আজ্ঞা ইবুঙো', প'বুং ইবুঙো, অমুক্ত খুম্বিথো ; ননাইল কৌজরি, করি হাকরবগে, স্না য়াথং অমুক্ত ভাকশিরম্মো ।

সাঃ— ( মোংশা অমোমগুম তপ্ল তপ্ল থৌগৎলকতুন ) লমন খুমগনি, লমন খুমগনি, সাবিত্রী মহারানীন কৈদৌমুংদ লেম্ব ভোক্রোই । ইনিংথোদ অরানর থোগল ভৌরম্ব, নিপা খঙদে মুপী খঙদে মতিক চাব শান্তি পীগনি । চানব থরুব পোৎত হু হাপচিল্লম্বনি, লৈবাক্র লাইগুল ইরাংনরিব নিপাবু অমুক লাইন ভৌরম্বগি থোনা, কৈ-দৌঙৈদ লেম্ব ভোক্রোই ।

দেশঃ— তপথবিথো মহারানী, তপথবিথো । শ্রীযুৎকি সেবা হান্ন অমুক্তং । কোমুংলোমদ লেংশিন্নব ভৌথিসি । ( মন্নামন পুখোকথি্ুঙৈদ )

সাঃ— মী হাৎপশিংদু ওসি ভিন্নিবা সভাসিদ য়াওরি । ছজিকমক কাগলবনি বড়মন্ত্রী । মীহাৎপ মশক খঙই, ছজিকমক কাগদবনি বড়মন্ত্রী । অমত্ত চৎহনথিগমু ।

দেশঃ— পুলিশ, ভিন্নিব মীয়ামসিদগি মী অমত্ত চেলহনবিব য়াদে । খবরদার ।

সাঃ— কুজারী ; কনা লৈ, কুজারীহন কৌরকউ । (কুজারী চেরুকুন

থুরুমই ) গুপ্সি অংন চাকশংদ থোং থাকইহৈগি মতমদ কনা কনা মনাক্তা লাক্লমই ? কম্রিমত্ত থুগুব তম্বু বুজারী। ও বিদায় ।

বুজারী:— ননাই ঐন গুপি অথুম অহাও শাম্নিত্তে চা শেম্মিতে লেংশিল্লকুম হায়বু অনীগুব মন্ত্রীগ অনীগুব রানীগদনি।

সাঃ— বড়মন্ত্রী ঐহু চিংনৈ, মীশক অনীসি হজিকমক কাবিয়, হজিকমক।

দেশঃ— পুলিশ, মহারানীন চিংনম্নিব অনীগুব রানী অমঙ্গং অনীগুব মন্ত্রীবু হজিকমক কাদুন থানাদ থম্মু।

নোঃ— কনম্ন বড়মন্ত্রী, ঐহু মন্ত্রী অমনি।

দেশঃ— নিংথৌ লৈত্রিত্তে মরক অসিদি মহারানীন শ্রীযুৎকি চার্জ পুগনি লৈবাকি আইন মতুংইন। মহারানীগি হকুমদি লৈবাকি আইনি।

মোঃ— বুজারীন মচিন থিরগ মহারানীন অকুক থাজবিম্নিব করিগিনো ?

সাঃ— নশক য়েংনিংদে, নর তানিংদে, লাম্ন চংখ্রো, মংন থুম্নিংব রা কোর্টট খুব গাম্নি।

থব'ঃ— কল্লকপগি অর্থদ কাম্নিব মক্তা মহারানীজি ?

সাঃ— তানিংদে।

থবাঃ— অনৌবীন অনৌবগি মাংনব সিনম কনামম্ম থাজনবোরী মহারানী।

সাঃ— Shut up,

থবাঃ— হাৎনিংলমগদৱ মীদি, মহাৱানীচুম ওইরমনি।
সাঃ— মঙক লাক্তুৱ ইল্লু। ( চোংশিল্লি )
( ময়াম্ন ইরাং লাংতুন থোকখি )

---

# হেলোইন পু-ৱ

## অনীশুব মতাং, অহানব উৎপ।

মতমঃ— শুক্লপ অহিং পুং ১১ তাবদ।

মফমঃ— সহরদগি মাইল ৭ লাপ্প নৈব জঙ্গল অমদা। মকু থোংব তায়. কৌজেং হায়োম্ন থক থোংই। লানফী শেৎতুৱ নবকুমার অমসুং কুমারী থাং চুংগোই অমমম পায়দুন পরপ পরপ লাকই পুংশা মপী হোনব তায়।

কুঃ— মথোয়ন হায়ব মকমতু সুৱাইদ নত্রা তাম্নো ?

নবঃ— সুৱাইদ্ ওইব য়াই কুমারী।

কুঃ— মীনিন অমম্ভ তাত্রিব করিগিনো ?

নব:— এঁম্ম ঙকইবনি। নশা চিকইবা করিগিনো?

বু:— মথন্দ নিকচবনি। ঐ ক্বিবদি নত্তে।

নব:— নং কোন্নুংদ হল্লো, ইথন্দ থবক অসি লাইবক য়েং-হৌরগে।

কু:— চেjকশিঙ্করগ থরাই পাম্মুদ্রন চেনব মী নত্তে তামো।

নব:— নংগি পাঙ্গল অদুন মী কয়া হাৎপ ঙমগনি?

বু:— মীন ঙম্ব থঙদে ঐন ঙম্ব থঙদে, পাবুংগি লম্মণ খুম্বদ থরাই ঝৎপ ঐগি য়াশক্তি। হিংচাবীদুগি মবুক্ত থাংন, থুম্ম থিনব ৰংলবদি, ঐগি ইশাসি মতুপ মতুপ কক্ত্ন লংজা লমহূইদ পিজথিসনু বেরা লৈতে।

নব:— অরব হায়ববু থাং অমমম পায়দুন লাম্বা ভৌশি শিংনবদ মখোয়ন য়াগত্রা য়ারোইত্রা?

বু:— ধর্ম্ম যুদ্ধ হায়ববু মদুনি করিগি য়ারোইদগে? ঐগ মহারানীগ পাগনি, তামোগ চীফ মিনিষ্টরগ পাও।

নব:— ঙাইখো কুমারী, মীখোল অম তাই। স্নুরাইদ লোৎশিসি।

বু:— মৈঙাল অমম্ম উই তামো। উরুমদ লোৎসি স্নুরাইদ লাও। (উজাও অমগি মরুমদ লোৎখি। মঙাল থিৎত খোকপ মিংশেল থাংমৈ পায়দুন পোষাক শেৎপ সিপাহী অমী অশাব নেতা অমী, পোশাক অরোৎপ শেৎতুন মহারানী অমসুং বড়মন্ত্রী লাকই।)

দেশ:— নখোয়নীন পামইব লুপান কয়া কয়ালো?

নেতা ২:— লিশিং ১০। ১০ দং পীবিয় হায়জরিব।

দেশঃ— মহুদি হ্নান্মমিদন নখোয়স্নু।

নেঃ ২ঃ— ননাই ঐখোয়সি খোঙ্গৰ নত্তে, ভাহনবিনু।

নেঃ ২ঃ— নত্তে থৰক মতান হায়জরিৰ। খবর অনী অহুমগি মচিন মেনব হায়বসি আজ্ঞা মৈগি চীংজাও অনী অহুম মচিন খুম্বগুম্বনি।

নেঃ ২ — চুম্ন মচিন্দ ওইরবদি কৈ, লৈবাক মীয়াম্বু ঐখোয়ন তৌবিব থবকসি অফবনি অচুম্বনি হায়ব থাজহন্ন ইহন-গদোরিবনি।

নেঃ ১ঃ— মহুদ নত্তে ইবুঙো, বড়মন্ত্রী জিন্দাবাদ. মহারানীজিবু নোঙ্গাখ্রব শ্রীযুৎকি শক্তি পুম্ব পায়হনবৈয় হায়দুন পব্লিক মিটিংদ লেকচর কয়া কয়া খোনাও শেগায়বমখৈ লাও-গদোরিবনি।

মহারানীঃ— থবক্ত ফজন তৌ, লিশিং ১০/১০ পীগনি, সে চেকসি অমমম পাইয়ু। নখোয়গি নমিংবু অমন মনিমু অমন ব্রজরাখাল হায়ব মত্রাও?

২মকঃ— মানি আজ্ঞা। (লৌরগ মৈদ য়েংই) সিন নংগিনি নেতা।

মহাঃ— ভাইখো রা অম রাৎলি। বড়মন্ত্রী কেশকি রাদি?

দেশঃ— আঃ, চুমই ইবেম্মা। (সিপাহিদ) হায়, নখোয়নি খর খর হন্দোকভুন মীপোং য়েংউ। করি রা ভারিবনো? (খর লোম্ন) হুজিক পোকইব কেশকি মরমদ নখোয় গি করি ম্নোত্ত লৈ? নত্তে লৈবাক্তি নেতা হাৎবু নখোয়নি।

নেঃ ১ঃ— আজ্ঞা হন্দক্কি কেশ অসিদি করিস্নু লৈতে ইরাই লাই। সেকেন্দ মন্ত্রীগ সেকেন্দ রানীগ তন্দুন শ্রীযুৎত হু থোগল তৌবনি।

নেঃ ১ঃ— মখোয়নীদি লাইন্সিক তম্মিন্নরিঙৈদগি চিঠি চৎনদুন হোথ্রপোংনি।

মহাঃ— অদুদি করিগি পাথ্রাদুদ লৈগে হায়দুন মহারানী ওইরুবিব ?

নেতাঃ ১ঃ— আজ্ঞা ইবেম্মা ভাব তাবিত্রে। সেকেন্দরানী ওইববদি নিংথৌগ স্বত্বসু তঙখাই অম ফংলে। ফমদুন চাব য়ারে, সেকেন্দ হেন্দ ওইরব নোবীনগ মস্তিকস্নু চানরেদন

মহাঃ Very nice!

নেতা ২ঃ— সাক্ষাৎ অচুম্বনি অজ্ঞা ইবেম্মা। মরাইবকথীদুন শোয়বনি। মখোয়না হান্ডক্ত লৈখিবগি ফবনি নত্রবদি মহারানীজিদ হূন চাক কোয়দোবনি।

মহাঃ— I See

দেশঃ— কেশ অসিগি মরমদ মখোয়নীন মরাল লৈবনি উৎতুন মীন থাজনব করি করি ইব ঙমগদগে ?

নেতা ১ঃ— নোবীনসিস্নু আজ্ঞা কাংবু অমন ভোট থাদদুন এখোয়ঙন্ব নেতা অমনি হায়দুন মমিং থর লৈজিন্নবনিন লুইদ থর। মত্তে মন্ত্রী অমনিদো মাস্নু।

দেশঃ— কায়দে রা য়াম্নবনি, জিল্লিং মঙা শিলে লৈবাক পুম্নমক্কি মচিন ফাও, মাগি মীচং লৈতবব শিন্নু।

নেতা ঃ— মঙাদদি নৌই আজ্ঞা, ইমানিগি ৫/৫ নত্রবদি মী অতৈদ মথং মথং য়েস্থখিবদ ননাইখোয় শেম্বক থোংখিনি। ম গি মথক্ক Court তা লৈরিব Case নিন Contempt of Court চাডুন তোকপস্থ য়ারি।

দে°ঃ— মদুশিদি চীফ মিনিস্টর ঐ লৈরি, ঐন হায়রগ চীফ জস্টিসদু কনতেম্প ওক কোর্টকী করিস্থ লৌখৎলোই। মাদি ঐ খায়বু সুংশিদব মীদদনি কনতেম্প ওফ কোর্ট লৌখৎলদব।

নেতা ১ঃ— অচুম্ব রাগিদি কনতেম্প ওক কোর্ট চাবগি বেরা লৈজদে। ননাই ঐখোয়ন কিজরিবদি শেল য়ামদবসিদনি।

মবঃ— ফরে থবক্ক ফজন তৌরিয়। লিশিং ৫/৫ গি চেকসিগ পাইবিখ্রা। ( ইদুন পী )

নেতা ২ঃ— ওসি অহিংদগি প্রেস্তা চৎতুন চায়নব চে নমজরুরগে। ননাই ঐখোয় চৎচরগে। ( খুরুম্মগ চৎখিবদ )

দেশঃ— চৎলো চৎলো। য়েংওই থবক্ক ফজন তৌ, মতুংদ চামরক লৈরি।

নেত ১ঃ— খঙজরে ননায় ঐখোয়। ( চৎখি )

দেশঃ— ( সিপাহিদ ) য়েংউ তারিব্রা নখোয়? অদগি থাংমৈন তৌরকইব Signal অসি নখোয়গি মী ওব্রা য়েংউ।

সিপাহি ১ঃ— ওইব তায় আজ্ঞা।

দেশঃ— অরুব থবক্ক অন্দাজ য়াব্রনহায়? মানি নত্তে চপ চান হাইয়ুনে। নখোয়বু Signal তৌব তমব্রাও? তলব

পীরুদুন নখোয়বু থম্বগি করি কান্নরি ?

সিঃ ২:— মানি আজ্ঞা শোইদ্রে ঐখোয় কাংবুনি।

( কর্ণেলন মাং থাদুন কৃষ্ণকান্ত জজ অমসুং সিপাহি অনী লাকই। )

দেশঃ— চীফ জস্টিস য়াওরকপ্রা কর্ণেল ?

কৃষ্ণ.— য়'ওবকই ইমাক বড়মন্ত্রী।

দেশঃ— নমাক্ত থুকমজরি মামবু।

কৃঃ— মুমদ ঙাংনব য়াদদুন ইমাক জগলদ বোথোকতুন হং বিদোবিব য়াবু কবিনবা ?

দেশঃ অতৈ নত্তে মামবু, হন্দক মীহাৎপগি মরোলদ ফারিব মোবীন অমসুং থবা ম নবীগি কেশতু মুম তাবিংনিনে মাম ?

কৃ.— তাদ্রে কেশতু ফন য়াম্ন চথখে। চয়োল অসিমগি মসুংদ লোইনব তৌরনি।

মহাঃ— লোইব মরোইদুবু ইপু মখোয়নীদুবু হাৎলোইদ্রাও ?

কৃঃ - ঐমা ! থেংনব অহিংসিদ ইবেম্মা মহায়াপীসু য়াওবিরম্মি।

( খুরুমই )

মহাঃ— মীহাৎপশিংবু থাদোক্লবদি ইপু লৈবাক অসি লৈবাক অম ওইন পানব য়ারোই।

কৃঃ— চুমই ইবেম্মা, মী হাৎপ লেম্ন খাব য়াদে, খিদুন কাগজদনি কৃষ্ণকান্তন চীফ জস্টিস ওইরিদৌদ মীহাৎপ চেলখিব কদায় য়াদগে !

মহাঃ— মখোয়নীনা হাংপসিদি শোইদ্রেনেকো ইপু ?

কুঃ— ইবেম্মা ইপু কেশতু মুম পাবে। মখোয়নীগি মরাল শম্মা মক্কে অম লৈতে।

সাঃ— অদুদি কনান ইনিংথৌদ হু পীজরম্মিবা ?

কুঃ— মদুদি Executive কি কাংবুন ফাদুন পিরকখোবনি।

দেশঃ— Executive কি কাংবু এখোয়ন মরাল লৈ হায়দুন ফাদুন পী কপ অনীদুদ মামন থরাই হাংপিগেরা, মপুন্সিচুপ্প জেলদ থাম্বিগেরা তৌবিরকউ।

কুঃ— Executive ন Judiciary দ হুকুম পীদৌব নত্তে। ইমাক বড়মন্ত্রী! পীরকইব কেশ কেশতুগি মেরিত মতুং ইন মামন বিপার তৌগদবনি, থোংলকইব এক্লোংদু হাওই হাওতে বিচার তৌরগ হায়ব মামগি ইথৌনি ইমাকখোয়ন বুজারী ওইরগ হাওই হাইধুন্ত তাকপিবক্কদব নত্তে।

দেশঃ— মামন ওইরিবা ক্রম অসি নমাক শ্রীযুৎত হঙৎতুন হাপথিবনিদো, কাওবিরব্রা ?

কুঃ— মরম অদুন শ্রীযুংকি বিচারদু চুম্ম তৌব কৈ হায়রিবনি মামন।

দেশঃ— হজিক শ্রীযুৎ লৈত্রবনিনা মামগি থবক অসি মহারানী অমত্তুং নমাক এগি খুৎত লৈ হায়বাসি থওবিদনা ?

কুঃ— বিচার লায় তৌ হায়বা য়াদকুপি থবক তোকউ হায়রবত্তু তোকচমে বেরা লৈতে মায় জহল ওইরে।

দেশঃ— হন্নাকি কেশ অসিগি মথাংদ থবক তোক্নবদি কৈ[illegible]

চিংনব পোকনি থবক তোকপ য়াদে।

সাঃ— কেশম্নু লোইরমগদবনি মরাল লৈব অনীসিবু মতিক চাব দণ্ডি শিন্নমগদবনি।

কৃঃ— অঙবশিংন লৈবাক্কি আইন কায়ন চংলবদি লৈবাক মুংকনি মহারানীজী · বড়মন্ত্রী, পোন্নকম লমদমবু পুংশিবিগু লৈবাক্কী আইন ইকাই খুম্নবিযু।

দেশঃ— ঐ রাজনীতি ওম্ব লাকপ নত্তে, কৃষ্ণকান্ত।

নংবু মক্কম অসিদ কোংথোকপকইবসি করিগিনো হায়ব তাকপিবগে য়েংউ। কর্ণেল উ অসিদ কৃষ্ণকান্ত পুল্লু নংগি সিপাহীসিংবু মথুংচুম্ব তাম্নহল্লু। Ready

( কর্ণেলন কৃষ্ণকান্তবু নক্কুব উপাল অমদ থোন্নিন পুন্সিল্লি।)

কর্ণেলঃ— নখোয় ম্নরি মকম অসিদ লেপউ। গুলি অনীরক অনীরক কাপ্প য়াই। মমিং অংমমদ গুলি অ মম পান্নবা কাপ্প ওম্ব নিপদ লুপা ২·০ মানা। Ready হায়বদ গুলা হান্দুন শেম শাগদবনি, 1, 2, 3, 4, 5, 6, 7, 8, 9, 10, হায়বদ কাপকদবনি।

দেশঃ— কৃষ্ণকান্ত নংন হায়নিংবা রা হায়ব য়ানি।

কৃ— বড়মন্ত্রী, চীফ জস্টিস্টপু অন্নানব বিচার তৌদবগি উ-সিদা পুন্দুন হাংলবদি, উ অসিন সাক্ষী ওইদ্রুন বড়মন্ত্রী অমসুং মহারানীগি মরাল, মশাল ওইব [redacted]নি, মহৈ ওইন মতমচুম্ন য়ালহোগদি।

দেশঃ— উপাল অসি শিংজংগ য়াম্বুংহনব ওম্ব বড়মন্ত্রীনি লিংথো

খিখিবগি কেশত্তু লাইরি. নহাক শিদোরিব ক্ষেণ অসিগি
রা মুন্ন বিচার তৌ চীক জস্টিক্ট।

কৃ:— উপাল য়াল্লগ মতোন চোংলকনি, মতোন অক্তুন উংরপ ফারকনি. অচুম্বগি মিচং চংদুনা মপান শাংলকনি মহৈ য়াল্লকনি, হুজিক হুজিক্কগি রা খনগনু বড়মন্ত্রী।'

দেশ: উপাল অদু হুজিক মরা ফংনা কুরুক্ষেত্রগী কদায়দগি ময়োল চোংগনি, পণ্ডগনু জজ অম ওইরগ।

কৃ:— উপাল অদু য়ানগ্রিবৈগদ কেনখিব মহৈশিংদুন লৈবাক্কগি মশিং নাইদন চারা হৌরকনি, পাপী মচাশিংদুন বড়মন্ত্রী অমস্তুং মহার'নীবু লৈবাকি য়েক্কবনি হায়দুন সাক্ষী পীরনি। অচুম্বগি মুখৎপ ওংম্নাইদব শক্তি থাজদব তৌনু বড়মন্ত্রী। রাবোন, কংস, জরাসন্ধ শিংথৌ কয়া কুইন পুন্সিগদগে বড়মন্ত্রী ?

দেশ:— অচুম্বন অচুম্বগি মথৌ তৌজসনু, নংগ অচুম্বগ পোক-মিন্নব নত্তে। নংগি নচা নশু মরি মত মুপী অঙাংগি বিচার তৌ পণ্ডগনু কৃষ্ণকান্ত হেংলোয়ন পুব নিপাণ্ডম চুমত্রিং মায়কৈ অখণ্ডদ চৎতুন ইপণ্ড পণ্ডন নুণ্ডাইখোকনু।

কৃ:— হ-হ-হ-হ হেলোয়ন পুরিব নিপাদি বড়মন্ত্রীনি, মিংশেল মাংদ থাদুন মুন্ন অমুক্ত থন্নু। হেলোইন নারক শিংলক থাক্কম, চীংমালদ মথং মথং থুদুন ভীল কাণ্ড কৌজেং পিজবদ হাওন চাবগুম বড়মন্ত্রীনু তিংথণ্ড মবক্ত কোইদ্রিং চিংই, অগুম অহাওনি থাজবন্দুন তিক্কা কাকৈ

কাণ্ড পীজরি হেক্লোইদি অংকপ মুপী নত্তে বড়মন্ত্রী।

ক:— অথেংব অহিংম মক্তক য়ারী শাহ লাকপ নত্তে বড়মন্ত্রী, মখদাং কমব মতমগি ইরাং খঙদব নিপা অসিবু কুইন রা ভাংহনবগি করি কায়রি ?

দেশ: - কর্ণেল ! নথো তৌরো থিয়ে।

কর্ণেল:— Ready – One, two, three, four, five, Six, Seven, Eight nine, ten . ( Blank fire তৌই )

দেশ:— হা হা....! মচু গুলি হাংদ্রিবনি, হন্দক্তি মিৎত মিশিগি গুলি! কৃষ্ণকান্ত রাখল মুম তৌহো, মচা নগুশিংগি-দময় নং হিংখিব কৈ। নং হৎলবদি মচাশিংন লম্মন খুমগে হায়রকনি, কমন খুশক্তংব নংগি থারা নাক পুম্নমক এখেইয়ন হাৎহনগদৌরি। কেন্নগদৌরিব ওক সিগি বিচার তৌ। পাউখুম পীত্রবনিন হাৎপ তারে। কর্ণেল হন্দক্তি গুলি অপেংবন কাপকদবনি, Count again

ক:— Ready.— 1 2 3 4 5, 6. 7, 8, 9

কু:— ভাইথো, বড়মন্ত্রী। হজিক কোর্টট লৈরিব মোখিল মসুং থবাগি মথক্ত থাজৎলকইব Charge Sheet অসি Weak ওই, মথোয়বু মরাল পীগে হায়রবদি মতিক চার সাক্ষী পীগদবনি কেশ শেন্নরকনবনি। নিরদোষ ম্যাইনগি মতুং ইন্না শোয়ক্রবদি অহেব advocate ম য়ীল তৌরবদি

দণ্ডি পীব ঙমগনি।

দেশঃ— হো অদুম্ন হায়যুদন মাম। পুলিবদু করিগিনো? কর্ণেল অতৈ নত্তে, ইমাগ পোকমিন্নব ম মনি। চৎলু চীক কণ্টিক্টপু বাঙলা ভাম থিল্লুসি।

সাঃ— ময়াল পীব য়ানব কেশ শেন্দব মতৌং পীরবদি লুপা লাখ অম মপা পীগনি জজ। ওমন কেশ তৌরক্লবদি হায় কোর্টট য়াই হায়দোকপ লোইবক্ল ... কাপ্পুন হাৎনব গুলী হানব নেংবৈ পায়ব সিপাহী ময়াম লেপ্পুন কৈগনি ৎঙউ বৃষ্ণকান্ত। (ময়াম চৎখিন্নখ্রে, নবকুমার গি মখুং পায়দুন কুমারী থোবকই মতুং ইন্দুন।)

নবঃ— নংব ঐবু অদুক কম ফারিব থাম্মিব ক'রগিনো কুমারী?

বুঃ— মতম চাদে থক্লে, মথোয়দি নোংমৈন্দ্র পায়ব্রি ঐথোয়গি থাংসিন কামনি থাজত্রে।

নবঃ— মতুবুদি অচুম্বনি, ৎল্লাই পাদোক্ল'সনা অয়া[redacted] নৈব থাংব ঙমত্রে হায়বগি য়ানি।

কুঃ— পাক্ শিদোকদবগি মহুৎ জজন হাংখিব চারা মচাংগুম নহারোল ঐথোয়ন মতম চাব ঙাইদুন ময়াল নৈব মী শিংবু দণ্ডি পীনব হোৎনব কৈ ভমো।

নবঃ— করি উপায়নো ঐথোয়ন হুজিক ভোগদবা? নৈবাক পুরমক মথোয়গি শেলন নোংমৈ হরুন থোমখ্রে। অচুম্বগি মীওং চংবিগদব লাইবব ... প্রজা, মায়াপুরদ

কয়া লৈরমথিগদগে খঙব ঙমত্রে হে ঈশ্বর পাঙত্রব নহারোলশিংদ থৌনা পীনবিয়ু, পঙলব প্রজাশিংগি মমিৎত চায়রিব শেলগি উৎশিংসে অকম সুংশিৎন হুমদোকপীখো।

কুঃ— নমথাক তৌত্নুন হাৎখিব ইনিংথৌনি, নমথাক তৌত্নুনা ফাখিবা নপাবুংনি। মত্তিকচাব খুৎলাইম লমন খুম্ব তাই। লিংজেলদ মান্নসি তামো, থাং চিকত্নুন রাশরুসি, মী হায়দোক্লমুসি, ফক্লরব পাম্বে ঐ পুথোরকে।

নবঃ— থাং চিকত্নুন রাশরবসিনি, লমন খুমগনি, থরাই মাংজখিসনু অচুম্ব হিংহৌসনু।

কুঃ— মতুং ইঙ্গনি থাং চিক্তুন রাশক্রবসিনি।

অনীমকঃ - নহাবোলন অচুম্বগিদমক থরাই থাব পাম্মুরোইদবনি।

( থাং থাঙ্গংতুন নোংথক্ত য়েংলগ রাশকই )

---



# হেলোইন পু-ব

## অনীশুব মতাং, অহুমশুব উৎপ।

Mayapur *H*igh Court room

মতমঃ— অয়ুক পুং ১১ তাবদ। চীফ জস্টিস্‌-এজলাস কি মনুংদ ফমই। মমাংদ টেবিল লৈ, টেবল মথক্ত চে ফাইল থর লৈ। Witness box তা গৌরচন্দ্র শর্ম্মা লেপই। বড়মন্ত্রী মহারানী কুমারী চৌকি অমমমদ ভম্পাক অমসুং নবকুমার অতৈ সাক্ষি কয়াগ কেশ তাবি নাকল অমদগি advocate অনী কেশকি for অমসুং against ত Plead তৌরি। নোংমৈ পাধব সিপাহি অনীন নবান অমসুং 2nd রানী মনাক্ত লেপই। দারোগা অনীন থোঙগি নাকল অনীদ অমমম লেপই ভোতাম ফমতুন জুরর অহুমসু কেশ তারি।

**Prosecution advocate:**— গুরুময়ুমগি গৌরচন্দ্র শর্ম্মা নংন festival মুমিত্ত চা শেমিন্নবা অথুম অহাও শামিন্নব মী কয়া য়ামই?

গৌরচন্দ্রঃ— ময়াম্নগি চানব থক্লবদি বুজারী অতৈন শেমই। মিয়ুংনচিংব অঙম অথো অমসুং রাণীবোয়মগিদি Head

বুজারী ওইরিব ননাই ঐন শেম শাজে।

এডভোঃ — চাকশং দাদোকতুনা নং খক চত্রা য়েন্দ্রিবৈদ?

গোঃ — ননাই ঐ ঘী থিত্তুং য়াংতুন মিনিট ২/৩ দং কোন্সুংগি store দ চৎচরুই।

এডঃ— নংন হল্লকপদ চাকশং মনাক্ত মী কনা কনা লৈরম্মী

গোঃ— সেকেণ্ড রানীন চাকশংগি হেক থোঙ্গান মক্তদ শাৎলিব লৈ অম হেক্লগ মনম নল্লমই, অনীশুব মন্ত্রী শ্রীনোবীন সিংহন চাকশংদগি থোরকই। থোংজিন ময়াদ ননাই ঐগ থেংনৈ। ঐন করি পাম্বিবগে হংজবদ মজা ইবুঙো লাক্লমত্রা হংবি। ঐন লাক্লমদে খুমজৈ।

এডঃ - নংন ঘী অরাংপ লৌব চংব কান্দ অচা অথক শেম্ব কয়া কয়াম্ন লোইরে?

গোঃ — শ্রীযুৎকি, মহারানীগি, রানীগি, বড়মন্ত্রীগি শেমত্নন থম্মে মথং মনাও নাইন।

এডঃ = মি লোর্ড হন্দক শ্রীযুৎকি অচা অথক্ত হু হাপচিল্লম্বিবসি অনীশুব মন্ত্রীনি, মপান্দ লেপতুন মী য়েংব মতেং পীবন অনীশুব রানীনি; হায়ন ঐন পীজখিব রানী অনীশুব অমস্তুং মন্ত্রী অনীশুবগি লৈনব মরিনচিংব মুন্ন খম্বতুন য়েংবিয়্রু, মমাংদৈদ তৌখিব Beauty competitionদ মন্ত্রী নবীনন থবাদ নম্বর কা হেন্ন পীরম্ব অমস্তুং মহারানী সাক্ষী ওইদুন উৎচখিব নোবীন শ্রীযুৎত খংবা মানবী লোনব ইজিন্নি হায়বনচিংব প্রধান ময়াম অজিন ময়েক

লানা তাক্লে। অনীশুব মন্ত্রী নোবীন সিংহ অমসুং ২ শুব রানী থবামানবীবু লৈবাক্কি মপু শ্রীযুৎ রাজা বিক্রম সিংহগি থরাই লোনব হোৎনরম্বসিগি মরাল ওইন ফাঁসী তৌরোইদবগি মরম অমত্ত লৈব্রে। মায়াপুর penal code কি Section 284 গি মতুং ইন্না।

জজঃ— Defence advocate কি অরোইব Pleading শন্না তারসি

নববুঃ— ননাই ঐ করিগুম্ব রা অমত্তং হঙ্গৎচবা য়াগত্রা হুজুররালা ?

জজঃ— নং কনানো ?

নবঃ— ননাই ঐ আজ্ঞা, হুজিক কোর্টট আসামী নং ১ ওইরিবা মীচম প্রজাশিংনদি লৈবাক্কী অপেংবা নেতা মথন্দনি হায়দুন কল্লকব মী থর য়াওরিব মীথন্দ কাব অনীশুব মন্ত্রীগি অমত্ত ঙাইজব মচা নবকুমার হায়বদুনি। Inter School Sportsত অমসুং Sword fencing দ চেম্পিয়ন সিপ ফংজদুন হুজুররালানা মনা পীবিখিবদু ননাই ঐনি, নজাইবুঙোগ ইতাও শান্নবসু ননাই ঐনি আজ্ঞা।

জজঃ— নংন হায়নিংবদি করিনো ?

নবঃ— Murder Case অসিদ ননাই ঐগি তোল্লব ইপাবু Defend তৌজনব মীরৈবাক্কগি advocate অম নেংকৈ মাবু Plead তৌহন্নব য়ারোইদ্রা ?

দেশঃ— মিঃ লোর্ড, মায়াপুরগি আইন মতুংইন্না মীয়েবাকগি উকিল নেকপদি হায়রকম্নু ইরৈবাক্কগি নেক্লবনা য়াদে। উকীলশিংগী লায়রব প্রজাগি মী চুপ্পুন থকপা ওমদনব গোভমেণ্টনা পীরব তলব চাব advocate অমা কেশ লেপ্নগদবনি। মায়াপুন্দ উকীলনা নেকপ চৎলদে।

নবঃ— মি লোর্ড, লায়রব প্রজান উকীল নেকপ য়াদ্রবমু, মন্ত্রী ওইরম্বগি মচা লায়রবদব এৈন নেকচবদি য়াবিড়ম থোকই।

দেশঃ— আইন হায়বসি আইমি, হোংব য়াদে।

জজঃ— আইনগি মবমদ চীফ জস্টিস ওইরিব এৈগোন্দ কনানমু তাকপিবগি দরকার লৈতে।

দেশঃ— কর্ণেল, এৈগি ইনাক্ত লাও। (কর্ণেল চংলকই)

জজ: - আইনগি মতুং ইন্না অতোপ্পা উকীলনা নেকপ য়াদে, I am very sorry young man Defence advocate plerse go on.

এড নং ২ঃ— মি লোর্ড, কেশ অসিগি. মরমদ অথওব থর হায়জনব সাক্ষী অনীদংগ পুথোকচগে।

জজঃ— কনা কনানো পুথোরকউ

এডঃ নং ২ঃ— শ্রীমতি তম্পাকলৈম দেবী, wife of honou rable chief Minister

পেচকার: — শ্রীমতী তম্পাকলৈম দেবী, witness box তা কাখৎপিরকউ।

তম্পাকঃ— (বোম্রতা চংলগা লোপই.)

পেচা:— রাশকউ, অচুম্বদ হায়গনি হায়দুন।

তম্পাক:— ওসি এৈন হায়জগদোরিব র। পূন্নমক অচুম্বদ হায়জনি, ঈশ্বরন সাক্ষী ওইনি অচুম্ব নত্তব করিমত্ত হায়জরোই।

এ: নং ২:— কেন্টিবেল সুমিত্তা ইবেম্মগা নং ২ মিনিষ্টরগ কনান লায় হোলদ থুংই ?

তম্পাক:— এৈন খর কাল্লি। বডমন্ত্রীগ ওহাক ইশৈ হৈব হৈত্তবগি রারী শাব হেক লোইবদ নোবীন মন্ত্রী মচানুপাগ লোয়ন্নন হোলদ চংলকই।

এ: ন: ২:— থুংলব মতুংদ মপান্দ থোকখিব উত্রা অচা অথক য়েন্দ্রিবৈও মমাংদ ?

তম্পাক:— য়েন্নকপদগি হূ য়েন্নকপ কাওব হোগত্তে।

এ:ন:২:— হোলদ ফম্মিন্ডেদ সেকেন্দ রানী উবিত্রা ?

তম্প:— কোন্দুংগি তিনতলা মথক্তা সেকেন্দ রানীবু শ্রীবুৎক পেইন্ট তৌবিত্রা লিককোল শিবিত্রা করিনে: উই। লোইব নাইদত্তুন ময়াম্ম রান ওাইবৈ।

এ:ন:২:— মতম অদুদ মহারানী কদাথদ লৈ ?

তম্পাক:— চাকশং ময়াদ চৌকি অম থাত্তুন চা ফাবব উই। তিনতলা মথক্ত মফিৎ থান থান য়েংশংলি। মিঠাই পুখোরকপ বুজারীহনগ রারী শাবত্ব উই।

এ: ন: ২:— করিসিনো অদুক মুম য়েংউরিবদি ?

তম্পা:— অতোপ্পীবু নিপান কয়া লুন তৌব, অহমবীন মথরাই কয়া য়াম্ম চাকপ হায়বত্ব লাইখক খিরবদি এৈত্তোন্দহে

খোকপ য়াই হায়রুবা মুম য়েংনিংই। ( মরাক পুখাক থুই, পুলিশগী Order )

এডঃ নং ২ঃ— করে য়াবনি। অতোপ্প witness অমা Miss কুমারী দেবী maid Servant of the late king হুজুরবাবা স্না বুদ্ধি তৌবিয়ু হুজিক উম্পাকনৈমন পীরিব জবাব অসিন ময়েক লান উৎলে মদুদি অসামী অনী সি মরাল লৈজদে। মথক্ত শীরিব মরাল অশেংব ডাক্ত'নি। অনীগুব মহারাজ বাজা বিক্রম সিংহগ কয়াম চায়ব হায়বদুগি প্রমান কয়াম পীজখে । অনীশুব রাণীন মবুঙো গি Lifeত attempt তৌগনি হায়ব মংদকাও থাজবিকদু Second witness ( পেচকারিদ )

পেচকার:— Miss Kumari, Boxত কারকউ।

কুঃ— ( পরপ পরপ বোক্সত কারগ ) ইপা ইপু পূর্ব্বমক মোরোক ডাগে অচুম্ব ডাক্ত লোইন হায়দোকচগে। য়েংওই নহান শ্রীযুতকি চাদ হাপই হায়রিব হুদো ( ফুরিংথাওদগি অমুব লিক্লি অম উৎলগ ) মসি মানত্রা য়েংবিয়ু। চ'দুন য়েংবিরুদু, হৌদোং অম চাক্ত হাপ্লগ পিজখদ খিখে । হূ অসি ঐন কদায়দগি কংবগে হায়বনু ......।

সা: - হুজুরবাবা অঙাং মীরোল ডাক্তিবসিগি মক্তা লৌবিগদু।

এঃ নং ১ঃ— ডাইখো নুপীমচা নং চহি কয়া শুরে?

কুঃ— ঐগি চহি মুম থওদে ২০ মুক শুমথনিঁবো য়াম।

এঃ নং ১ঃ— নং কদায় থওইঁ? কোক্তী লৈরা?

কুঃ— ননাই ঐবু ইপা ইমান মীয়োল তাত্ৰিইঙেদ হন্নোকশিরম্ব্রা পিবমদত্ৰা ঐ কাওয়ে। শ্ৰীযুৎত শিয়বিব কান্দ ঐগি কুঠীতু যাওত্ৰা য়াওদত্ৰা ঐ খঙদে, শ্ৰীযুৎ পাবুংস্ন হুজিক্তি লৈত্ৰে। ইমাসিহম খংবিবিত্ৰা ? ঐগি কুঠিবু ইমাসিহন্দকা শিন্নবিরমত্ৰা ?

সাবিত্ৰীঃ— নংগি চহি ১৬॥ দ ঙাইবি, নাবালিকানি নংগি নয়া কোর্টন লৌব য়াদে।

কুঃ— কৰি য়ামোদ ইমাসি ঐবু কুমশিদি ফন চাওজবেদা।

এঃ নং ১ঃ— মি লোর্ড, মুপীবচাসি চহি ২০ শুত্ৰিবনিন মায়াপুরগি আইনগি মতুংইন্ন মহাক নাবালিকানি।

কুঃ— খুড়াহন্ন হায়বিরিব য়াসিবু ক'ব য়ামোনে, ঐ নবালিকা নত্ৰে। প্ৰমান পীজগে হুজুরয়ালা কৃপা তৌবিয়ু।

এঃ নং ২ঃ— হুজুরয়ালা মহারানীজিন ত'কপিরিব য়, মুপী মচাসি চ'হি ১৬॥দ ঙাইরি হায়বশি কোষ্ঠি উৎতুন প্ৰমান পিবিব নত্তে। মুপীমচা সন নাবালিকা নত্ৰে হায়বগি পীজনিংইব প্ৰমান তাবিব চুমত্ৰা খঙ্গে।

জজঃ— কৰি প্ৰমান্নো পীযু তাসি মুপীমচা।

কুঃ— Thank you my lord, you are very good ননাই ঐন নাবালিকা নচ্চত্ৰে হায়বশি. খুড়া মান মন্নামন্থ তাবিযুকো নত্তে, লান্নবস্থ লাক্লে হায়বিয়ু, ,,মাকুমনগি কুমসি ফাওব ননাই ঐন কনাগুম্ব নিপা Love letter ইবখ্ৰকইবসি ৪৫৬ [illegible] (চেথাও উৎ[illegible]

ঐবু করম্ন নাবালিকা ওইদৌ ৰবনো ?

( মীহম্ন জা লাওন নোকই, Order, Order )

এঃ নং ১ঃ— আজকালগি ছাত্রী মচাদি চহি ১১দগি Love letter ইনব হৌরে। নাবালিকাসিগি জবান কোটনা লৌবিগন্নু।

জজঃ— Iam Sorry, নবালিকা নংগি জবান ম য়াপুরগি Court ন লৌব য়াদে।

কুঃ— My Lord, you are very bad Sir ( কুমথখি )

এঃ নং ২ঃ— My lord, Prosecution witness No. 20, গুরুময়ুম গৌরচন্দ্র শর্ম্মাবু cross অমুক্ত তৌজগে ?

জজঃ— yes,

পেচকারঃ— গুরুময়ুম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা কোম্নুংগি বুজারীহন ?

( গৌরচন্দ্র Box তা কারকই )

এঃ নং ২ঃ— শর্ম্মা, নং বুজারী ওইত্রবৈদ করি লমদ লৈরম্মী ?

শর্ম্মঃ— নবাই ঐ পাগলাপুরদ লৈরম্মী।

এঃ ২ঃ— পাগলাপুরদু নংগি পোক্লকম লরাইরা ?

শর্ম্মাঃ— নচ্চদে, ঐদি লম্লোব ইভিক্ত কোইচৎ চৎচবদ মকম অদুগি মুপী লৌদুন চহি ২০মুক লৈজরম্মী। কোম্নুংদ কাজরকপ চহি ৩ শুরে।

এঃ ২ঃ— নংগি মুপীদু কয়ুম্নো ?

শর্ম্মাঃ— হুইত্রোমনি।

এঃ ২ঃ— নং পাওনম্ন করম্ন হুইত্রোম লৌরুবিব ? মেক থোকই

হায়তুন লৈকাইন ৰেল্লা ভৌত্ৰাও ?

শৰ্ম্মাঃ— উকীল বাবু, হুইস্ৰোমগ লাইশ্ৰমগ য়েক খোল্লব আইন্দ লৈতৈ।

এঃ বং ২ঃ— পাগলাপুরদ কবিমংন নংবু থ্বাইন খন্তনৈ ?

শৰ্ম্মাঃ— মফম অতুদ নিকত্যাই হায়রবদি ঐ ইথন্দনি সুপী অঙাং খোগোংপ থন্তনৈ

এঃ ২ঃ— নংবু কোম্মুংগি বুজাবীহন কনান হাপই ?

শৰ্ম্মাঃ— মহারানীন হাপ্লিব ন।

এঃ ২ঃ— লাইশ্ৰম নিকত্যাই নংন করম্ম গুৰুমযুম গৌরচন্দ্র শাতুন কোম্মুংগি বুজারী শাখিবনো ?

শৰ্ম্ম ঃ— কোম্মুংগি শম্মাসি অশেংবনি লাইশ্ৰম নিকত্যাইন অশাবনি সুপীদু লৌব ফংনব। সুংশিনবন ওমদব মায়া লৈতে। মহারানীন হাপ্লিদুন বুজারী ওইবনি, হোটেলদ ব্ৰাহ্মন নত্তবন ফম্ব য়াম্ম লৈবেনা কবিনো আহকালদবো।

এঃ ২ঃ— হুজুররালা, ওইদব ওাংবগি হাংলেংব লৈতব নমথাক মাগি কাৱবাৱ ওইব মফম অমদ লাইশ্ৰম নিকত্যাই মফম অমদ গুৰুমযুম গৌরচন্দ্র শাব বুজাবীসিগি অথান্দ শন্দুন মরাল লৈজদব অনীশুব মন্ত্রী, লৈবাক থ অব নেতা মরমচংত শমক্র অমফাও মুদব নোবীনচন্দ্র অমমুং পুকচেল শেংবী, শ্ৰীংহন চাম ভৌরবী অনীশুবী রানী থবাযানবী বু মীহাৎপগি মরাল শিজীন্দুন করিগুম্ব দগি অমত্ত শীব মত্তিক চাদে। লৈবাক মম্মা ওঅবগিদমক আসামী

অনীসিবু থাদোকপিব চুমই থক্লে। (খুৰাক খর খুব য়াওই।)

জজঃ— Order Order, কেশ লোইশিন্নব জুরীগি মত তারসি। আসামী অনীবু মরাল লৈ থল্লগ খুৎ থাজৎপিয়ু, লৈতে থল্লগ থাজৎপিগনু।

(জুরীগি মেম্বর অহুম ওহাক্তুং লোম্ন তারে, বড়মন্ত্রী অমসুং মহারানীদ হায়রপ য়েংই।)

জজঃ— আসামী অনীবু মরাল লৈ থল্লগা খুৎ থাজৎপিয়ু।

(জুরী অহুম্মক মথুঃ থাজৎলি মমায়দি লুকথৈ, বড়মন্ত্রীন কর্ণেলদ ইঙ্গিৎ, কর্ণেলন সিফাইদ অমুক।

জজঃ— Govt: Advocate অনীন য়েৎনব মরৈ তারে সাক্ষী ময়ামগি রাসু তারে। হন্দক শ্রীযুৎ রাজা বিক্রম সিংহবু হু পিজন্নব হাংখিবসি চপ চাব মীশক থওরে। আসামী অনী হায়বদি নোবীনচন্দ্রসিং অমসুং থবা মানবী মীহাৎপদ মতেং পীরম্বগি মরালদ চহি ৫/৫ থবক শুব জেলদ লৈব তারে। Mayapur penal code Section 295 Sub Section two গি মতুং ইন্না।

অ;গ বা অমন, শ্রীমতী মহারানীজি, লাক্লব বড়মন্ত্রী অমসুং গুসি তিনবিরিব মায়াপুরগি প্রজা পুংশিনরাশিং মায়াপুরগি মতম অসিদ ঐগি চহি মতাং অসিদ চীফ জস্টিস্কি থরুব কম থাং ওাকপ চুলোইগি থবক পুমনি [illegible] সুব থোকচরে, ঐ চহিগি থবক অসি থাজোকচরে,

প্রজা ময়াম্ন ঙাকপীয়ু শ্রীমতী মহারানীজিনস্থ কম কথোক চে অসিস্থ চানবিদুন লোবিয়ু। ( হৌগৎতুন চংথি, ময়াম্ন চিন্তা তৌনহৌই ইঙক ঙক্ক )

মহারানীঃ— কর্ণেল, ফাদোক অনীসিব্র জেল তান থিল্লু।

---

**CURTAIN**

*for*

*2nd Drop*

# হেন্নোইন পু-ব

## অহুমশুব মতাং, অহানব ডংপ।

অহিংগি পুং ১১ তারে। কোন্নুংদ মহারানীগি কাদ ফমুং মেজ, চৌকি অনী থাবি। মেজ মথক্ত লিল্লি, চুরুটকি কেপ, চাম থক্রব কয়া থিল্লি .. ....। মোনচেপ্প শেগ্রাক থমত্তুন দেশবন্ধুন ফমুংদ হিপই, চুকট অম থকত্তুন মনাক্ত মহারানীম নাইট গাউন পারব শেংত্তুন কেন অরাম চৌকিদ ফমই — লাইব্রিক অম পাশিন্নরত্তুম রারী শাবি।

সাবিত্রী — মহোশাবু চীফ জস্টিস অম হাল্লদ লুপা কয়া চানবগে বড়মন্ত্রী ?

দেশঃ— হন্দকিত্তুগ থান ঐগি হাক্তক্ত হাপখিব চীফ জস্টিস অতম ওরে। অহানবগিত্তু লিশীং ৩০দ হাপখি, মথংগিত্তু লিশীং ২৯, অত্তুগ হন্দকিত্তুমদি মান খোকই হায়রুন ২০ লৌখিখি অত্তুগ কাম্রত্রিবদি মান মহেল্লে। শেল শুমগি থবক্ত মরীমত[illegible] তোনবসি ওখোক ওইরখিল্লে।

[illegible]ঃ— কম কমত্তগি মত্তুং ইন্দ কীজন সেট অম থখিব কজ্জনে ?

দেশঃ— হন্দক্তুগিদি চীফ জষ্টিসকি ফম অসি লিশিং ৪০ দ গি পৈশা অমা তাব য়াদ্রে।

সাঃ— ঐখোয়গি ইথক্ত লাক হৌনিংবা কাংবুশিংতু করম করম তৌরি হায়না তাবিবগে?

দেশঃ— ঐখোয়গি খুত্ত খবর ৪গি ইডিটর লৈ, মীরোল হুক্কব চে অম অনীতুন কৈদৌব ওমগদগে। ঐখোয়রোমগি চেদি য়াম্ব চৎনব হোংন অমসুং ফ্রীদ য়েলহল্লি, গোভমেণ্ট কি এডভরতাইজমেণ্ট অয়াম্ব পিতুন হিংহল্লব চেগ লাম্বা কনান পাব ওমগদগে?

সাঃ— ঐখোয়গি নেতাশিংগুবু তলব কয়া কয়া চাব য়াওরিবগে থরক করিত্রা?

দেশঃ— লিশিং অম চাব য়াওরি, ২০০/৩০০ দ চাব য়াওরি। ঠিকা অক্ষব পিতুন তোংগদব নিলাম কয়া ওকহন্দুন কাংলুপ কাংলুপ কয়ঃ মায়াপুরগি মকম খুদিংমক্ত থমতুন মহারানী অমসুং বড়মন্ত্রীগি লৈবাকসি পুত্তাইহল্লে হায়তুন, শন্দোকহল্লি। কম্বিমক্ত কিবিগনু মহারানী, পুত্তাইন চেল্লীয়ু হাওন চাবিয়ু, তুমবিয়ু।

সাঃ— শেলম লৈব য়াদব, ওইজ ওইথক্ত পুনব য়াদব মী থর য়াওরি তারিবসি মপীং কয়া য়াম্বিবগে?

দেশঃ— মমিৎ পাংত্রিব নহারোল থ[illegible]অমসুং মপোক্ত তৌরব, ময়া লোয়ন তারব কান্নব্রব মী থরগ অদুন লোইরে, করিত্তু মতিক লৈতে।

সাঃ— হুম, কোম্পুংগি য়েঙ্গাং অহাওব তপতান চাশিল্লগ নোংয়াইদ য়ুম হনব ওন্নোই।

সাঃ— কৈদৌন হন্নুদগে কোম্পুংগি ক্ষমুংদ পোশ্বাব য়াপোৎ-তুবো।

দেশঃ— য়ুমদ হন্নবদি হিংদাবিন চারেদন ঐদি।

সাঃ— য়ুমগি মুপীবু অদুক ফিবিন্নিব করিগিনো?

দেশঃ— মরিংজেল মতা অমনিনে ইবেম্মা। শিব কিদ্রব মীগি লাঘা নৈব হোনব্রাও?

সাঃ— অদুক সাথীবী মুপীবু করম্ন লৌবিরুারবনো? ঐখোয়-বুদি সত্তা, থোৎমন নোমল্লি মরিন য়াওদে হায়দুন মীন নোক্করি পোৎনি।

দেশঃ— লৌদ্রিবৈদদি ননাই ওইন তুমিন্ন নৈজগে, নিপা হায়বসি দি ১০০ গি মপুনি হায়রম্মিপোৎনি, হুজিকি মান ঐবু কাদোক পায়রগুম পায়ণে ইবেম্মা।

( মিলিটরী অম লাকতুন )

মিলিঃ— আজ্ঞা ননাই ঐবু চংজরকপ য়াগদ্রা?

সাঃ কনানো করিনিনো?

মিলিঃ— মুপী অমন থোজান্দ য়ড়য়ীবু থিন্নরি আজ্ঞা।

দেশঃ— ( ইথং থংক ) হায় কনানো মশক কমদোই? ফজত্রা

সাঃ— নৈমা। ফজবমত্তি পায়রিগ্রেইদা।

দেশঃ— নত্তে, ঐন হায়বদি মুচ মুমেন শওং শাদা কমদোই হায়বনি?

মিঃ— পাদক, পিকতক, কুচু ফন পাল্লি আজ্ঞা।

দেশঃ— (মুংশা থীম ফম্মগ) মোয়োক মশিজা মানত্রানহায় ?

(ফিজাওন ফিরুক খুমডুন সিপাহীগি মতুংদ লৈয়ম্বদগি মন্ত্রী অমসুং মহারানীগি মাংদ ফীরুক হায়দোকই, মথুত্ত রিবোলভর পায়রকই।

তম্পাকঃ— উবিংগ থংনি বড়মন্ত্রী, উমোয়োক মরুনি। (মফী হায়দোকই।)

দেশঃ— নংন ঐগি রিভোলবর পায়দুন লাকপ ফয়েদা। নোংমাই যোরমদাইদ লাইতীল ওরুগত্রা নিপা ইথন্দ হনবা কিরডুন লৈবম্মীবনিহায়। চৌকিসি চিংশিন্দুন ফম্মু করিবো।

তম্পাঃ— ঐ ফমগে লাকচব নত্তে।

(সিপাহীন চৌকি অম লোডুন থাই)

(মিহুত্ত কুমারীন লোম্ন য়েংই)

তম্পাঃ— (সিপাহীন) শাওমুকো ইবুঙো, নংগি থবক তৌজরুরো।

সঃ— ঙাংখো নিপা, নংবু কোমুংগি মুখোং ঙাকপ মীম্না নত্রগ নোংমাইদ কোমুং য়েংব লাকপ মীগি লমজিংত্রাও ?

তম্পাঃ— মাপ তৌবিয়ু মহারানীজি, অরুব পোৎ অম মাংখিডুন থিরকপদ মক্তেং পীরকপনি।

সাঃ— করি পোৎ মাংশিডুন কোমুংদ থিরকইবা ?

তমঃ— অচৌব পোৎ অম মাংখ্রে, মহারানী।

দেশঃ— গার্ড, নংগি নুখৌ তৌরুরো।

(সিপাহী সলাম তৌরগ চৎখি।)

তমঃ— অয়ুককি পুং ৯॥০ দগি কাব আফিসপু মুংদাং পুং ১১॥ তাব কাওব কাবসিদি বড়মন্ত্রী, মতম্ন কস্ত্রবনিম খর মুংশা থী। মেতা শাজিন্নব খরন প্রোপেগণ্ডা তৌরগ, প্রজা খুদিংমক্ক বড়মন্ত্রীবু মুংশিরি খনবিগনু। অমম্ব অথেংব দ পংচং চংপ কত্তে, থৌরব খুংলাই কয়া অমম্বদদি উবিদব য়াই।

বড়:— চুমই মংন হায়ব তম্পাকলেম।

তমঃ— অদুগ মহারানী, রাদি রারৌবিগনু বড়মন্ত্রীগি থবকসি অফিসকি ছুটি থাথ্রগ নোংয়াই মতুং পুং কয়া তাবফাও শিজিন্নবিবগে ?

সাঃ— শ্রীযুংম নোঙাথ্রব তুংসিদদি কোম্নুং অসি থবক থর চিল্লি, মরম অদুব ঐদি বড়মন্ত্রীবু য়ূমদ অমুক কুমদনব অয়ুক মুংথিল মুংদাং পুরা কোম্নুংদ থম্মগে থল্লি।

তমঃ— কোম্নুংব লৈরিব মায়কৈ অসি মহারানীজি বড়মন্ত্রীগি কালমৃত্যু থোকই, মরম অদুন কুমশিদি অতোপ্প অম থিবিগদ্রা ?

সাঃ— কালমৃত্যু থোক্কনব বড়মন্ত্রীসি কোম্নুংদ য়ুম ওইব লৈহন্ব তারি। ঙাইহাক লৈতব থিব তন্দবী মং অতোপ্প অম থিরুরো, মমল কয়ালো অচংবদু ঐ পীরগে।

তম:— স্না থৈনেন ফন চাওব কারি, অপাম্ব থন্দুন স্না পুরিং তাব অম লৈবিয়ু। অফং অফংব পোৎ শংখোম খোম-জিনবিরগদি মপূ লৈরক্রগ চোপতুন তোকপিগনি।

সাঃ— মায়াপুরগি মহারানীন মাগি লৈবাক্ত লৈব অপাম্ব পোৎ মুন্দুন লৌবদ মপা কনান কৈদৌরদগে?

তমঃ— করিম্ন লৈত্রবা লৈবাক মচা মায়াপুর অসিদি থম্নু থম্বিখো, পৃথিবী পুম্বমক্ল হোঠুন লাক্লবম্ন তম্পাক লৈমগি শিংলিদ ঈ মরিক অম চেঙ্গিবমখৈ মাগি মপুম্নোইববু অফাওবী কনামত্তন মুনবা ওম্মোই।

দেশঃ— (তপ্ন) তম্পাক লৈমা!

তমঃ— আজ্ঞা। (মখুৎ লোয়ে)

দেশঃ— যোম্নোক মশিঙ্গা। (মনাক্ত লেপই)

তমঃ— (খুকউনাম লৈতাডুন) আজ্ঞা স্নায়াথং করি?

দেশঃ— নংবু খুল্লক্ত লৈঠুন মায়াপুরগি মহারানী মশক খঙ-ত্রিবাও?

তমঃ— খঙজে করিগি খঙদদগে? নহাই এ মায়াপুরদ পোক্লগ চহি ২৭,২৮ শুরবী বড়মন্ত্রীগি মুপীনি।

দেঃ— খঙলবদি করিগি ব্যবহার লৈতবা?

তমঃ— ননাই এন ব্যবহার কায়বদি হোনব খঙদব মীদনি। মহারানীদ নচ্চদে। মুপী অম ওইরগ মুপীগি মায় য়েং-দবী, লৈবাকী মান মর্য্যাদ ঙাক্তবীন, লৈবাক অমগি মহারানী ওইরম্ব হোনদে।

(সাবিত্রীন ফমুং মনাক্ত মেন মথাদগি রিভোলভর লৌনব লেপখি।)

দেশঃ— নচিমথীম্নু তম্পাক। লেপইবী মুপীসি মায়াপুরগি মহা-

রানীনি।

সাঃ— কাম্নরোই বড়মন্ত্রী, লমহেনবী সুপীসিবু হজিক মক ফাতুন জেলদ পীব তাই, মহাক বড়মন্ত্রী সুপী নত্তে, কনা লৈ? ( খুবাক খুই )

তমঃ— মী কোব কাম্নরোই মহারানী শাবী! ( মোংমৈ চিঙই) নথৌনা লৈরগ মোন মথাদগি পিস্তোলচু পাম্নয়ু অমমম পায়নরগ চায়নদি, হিংহৌবন বড়মন্ত্রী লৌনসি।

সাঃ— হৈক নংন এরবু খুৎ চুম্ব হেনত্রা য়েংনসি ( মোন মথাদগি পিস্তোল লৌথোকতুন পায়রগ ) নংন অপাম্ব নিয়ম হায়য়ু, কয়া লাপ্ন লৈরগ কাপ্নসিগে।

দেশঃ— নত্তে নত্তে, মহারানীজি, লৈবাক মাংগদব থবক তৌবিগন্নু, তপথবিয়ু। করিস্নু লৈতবী সুপী অমগ মাম্নবিনু।

তমঃ— বড়মন্ত্রী, থাম্বিগন্নু সুপী খুদিংমক মিপা পামই। হিয়ম অসিদ সুপীগ সুপীগ করিমত্ত থেম্নদে। লম অনীদ কাপ্নসিরা অহুমদ কাপনসিরা অপাম্ব থনবিয়ু মহারানী।

সাঃ— লম অহুম থক ওনবিয়ু। বড়মন্ত্রীন, ১, ২ ৩ হায়বদ কাপনগদৌবনি তুং ওম্ভোক্সগ।

দেশঃ— নিংথিন হায়ব রাত্রবদি শিমরো অচু মঙাইরে। অমন সিদ লেপ্লো অমন সিদ। এরন ১ ২ ৩ হায়বদ লাইবক য়েংনতুন অমুক অমুক্তং কাপলৌ। ( অমীচু মকম চান চান লেপমৈ, মমায় ওম্ভোক্সে, মহারানীগি হজিঙ সিপাহী অনী থোরকতুন তম্পাকী মখুৎ কায়, লোংমৈ মুনি।

বড়মন্ত্রীঃ— শিন্তোলদু ঐঙোন্দ শিন্নকউ কদায়।

ভমঃ— বড়মন্ত্রী, নংগি মুপীদ নমথাক তোব নিপাগি হোনব লমচংলা? লীচং নাইদবী মহারানী, অদুরা নঙগি মরিংজেল।

দেশঃ— অঙাওবীদু পুথোকখ্রা, মচিন মেলগ ঐগি কারদ পুন্দুন থমম্মু। ( ফাতুন পুথি ) মহারানীজি রারোবিব' য়াদে, হোনব থঙদব মুপীনি ইমায় য়েংম্লুন মাপ তৌবিয়ু।

সাঃ— ( কেন ) করিগি শাওরুদগে ঐদি শাওবকা হৈজপোৎ নচ্চদে। অমুক লেংলক্লরোইব্রাও?

দেশঃ— ঐ অঙাওবীসিবু পাগলা থানাদ অমুক্ত শিন্নজক্লথিগে অদুগ লাকচগে। Good bye.

সাঃ— bye bye



## হেমোইন পু-ব

### অহমশুব মতাং, অনীব উৎপ।

মতমঃ - সুমিদাং পুং ৮

মফমঃ— মহারানীগি কা ( Same as the above scene ) চৌকি অমদ কুমারীন মহারানী শারদুন কুরিৎ চাদব অম লিৎতুন লৈ। নবকুমারন বড়মন্ত্রী শাত্নন ফিপই।

কুমারী:— চুরুট থাওরবদি অম চমজদুন ফাম্লু বড়মন্ত্রী।

নবঃ— ( কুরিৎ থাওদগি পেন্সিল অম ভাবন চমদুন থকই )
মহারানী — ইমানিন রারী শারিংসি মী অতৈম তারি রোইরা ?

কুঃ— অপংব অনীত্নদি থঙদে, আদগি মিহুৎথোংসিব কুমারী হায়বা গুপীমচাদুন উই, লোম্ন তায়। ( মতৌ তম্মগ ) বড়মন্ত্রী ( কেন ) মহোশাবু চীফ জষ্টিস অম হায়দ লুপা কয়া কাগোক হায়বগে ? লিশিং ৩০/৪০ হায়রকউ।

মঃ— মহোশাদি চীফ জষ্টিস অম হায়দ লুপা লিশিং ৩০ দ গি ৪০/৫০ মুক লৌই। ঐন লোব নম্রগ কোইরিব

মুপীগি মরীমতা ওইরগ ২০ মুক্তস্থ লৌই।

কু:— Control Rate অম থম্বিব ফজ্ৰাও ননাওদগি বড় বাবু।

নব:— প্রিয়ে সাবিত্রী মতুংদদি অদুম্ন তৌব 'ভারি। থবক মচা থণ্ডদে অচৌবা থণ্ডদে fixed price উৎপ Catalogue অম gazette ফোংলনি।

কুঃ— তলব চাউব, শেল য়াম্ন তোংগদব থবক মথে ঐখোয় পার্টিগি মীদ লোয়ন পিবিয়ু বড়মন্ত্রী।

নবঃ— লুরিববু ঐখোয় পার্টিগি মীশিংদি খুদু ঙাক্ত, অরুব অচৌব থবক্তি অপঙব মীদ শিন্নব য়াদ্রি মহারানী।

কুঃ— করি রানোনে বড়মন্ত্রী, অশিংব অফব মীনবু ঐখোয় পার্টিদ য়াওদুন লৈখিদ্রা, অনৌব অশিংবন মমিং চন্ন-থিগদ্রাও ?

নবঃ— অপঙবন থবক পুথদগি শোয়রকতুন লৈবাক্ত বদনাম্ন য়াম্ন তৌই সাবিত্রী।

কুঃ— মাই কৈস্থ ঙস্মোই, থবক কান্নব ঐগি মীদ হান্নগ লোইরে, লৈবাক্তি রাদি কোমদ ফুমজিনবিথো। শক কয়া সুংশিদব মীন লিক্তি গ্রাসতগি ঈশিং থকলম্মদি য়ু থকলে হায়দুন ফাবিয়ু, ঐখোয়গি মীনবু হুল্লরবদি ভাস চেনা অমত্তং পায়রম্বদ জুবার শান্নরম্মে হায়দুন জেলদ দাক থম্বু।

নবঃ— প্রিয়ে মহারানী মংন হায়রবদি সত্যবান ঐন হিজোকশু ঙমদ্রে অদু মঙাইরে। [ য়োগৎতুন কম্মগ ] ঙইথো

কুমারী. নংবু মহারানীন থর থাজরব্রাও ?

কুঃ— পংশিং শিংব মুপী নত্তে, মান লোয়ব হোদোংমচা শাজিন্নব-তুদদি ঐবুদি মান কন থাজরে হায়ন থম্লি।

নবঃ— হুজিক ফাওব নংন মাবু হৈস্ত্রাংন ওইরবসু শিন্দুনা হাংত্রিব করিগিনো ?

কুঃ— মতাং চাদন হাংলবদি ঐ অরাব তাগনি, কৈ হাংপগি মনা ফংনব মতম চাব, মকম চাব শাইরিবনি।

নবঃ— অসুম অসুম য়েথোক্তুন লৈরর্বদ রাশক কায়বদি লাইরক্তুন লৈবাক অসি কররপসন মতুম চাওন শাথ্রুনি, মরুম কোক্লক্লনি।

কুঃ— বড়মন্ত্রীদ নংম থবক অম পীষু হায়রুবদ করি খুম্মকই ?

নবঃ— মান ঐবু পংথা থাজত্রি, co-opretive কি inspector গুম ওইয়ু হায়রি। ঐন মতু পামদে, C. I. D. Inspector হাপ্লিয়ু নক্রপ Military training থাথিয়ু হায়রিবনি।

( Palace Guavd অম পরপ পরপ লাক্লগ )

গার্ডঃ— শিকারদাগ মহারানী অমসুং বড়মন্ত্রী লেংলক্লে কদোম কদোমদনো চেনরো অওাংশা। ( গার্ড অতোপ্প লম্বীদ চেনথি। মথোয়নিসু ইথক থক্ল কদোমদ চেনজিগে নক্রপ লোংসিগে পরপ পরপ লাক্লে, ফুরিং থমই, কোইক্লেং য়েংই মহারানীন লাওন "দুপীমচা" হায়রে কোরকপ তাবদ, কুমারীন উফুল রাইফুল কথোকশিন্নে। নবকুমার লৈমায়দ মশা তাশিন্নুম লৈবাক কমই, ফুরিংথাওদগি

দরখাস্ত হৈব চে অম পুথোকতুন পায় )

কুঃ— মত্তা চাত্রবদি ফিংগৎলকনুকো। ( লোম )

সাঃ - নুপীমচা '

( বড়মন্ত্রীগ শিকারীগি পোয়াক্ত চংলকই )

কুঃ— ইমাসি ঐবু কৌত্রা ?

( নবকুমারন অনীমক্ত থুরুমই )

সাঃ— কনানো নুপামচাশিদি ?

কুঃ— মমাংঙৈগি লোং খজিংমচাহুনি ইমাসি।

সাঃ— নংন লোং থোন্দুন ফারত্রাও ?

কুঃ— হুজিক খিনা খৎনরে, কোফাও কৌনত্রে ইমাসি।

সাঃ— খৎনরবী কৌনত্রবী নুপীসিগি মনাক্ত ফিদা অমফাওব থাবিত্রবদ নংন শংলম্মিব করিগিনো অঙাং ?

নবঃ— ( থুরু খুদক লৈতানা ) ইমাসি ঐ দরখাস্ত অমত্ত বচ্চংগে হায়তুন। ( চে কৎলি )

সাঃ - করিগি দরখাস্তনো নহায় ? বড়মন্ত্রী অমুক্তং য়েংবিয়ু।

দেশঃ— ( দরখাস্ত পারগ ) সি, আই, দি, ইন্সপেক্টর ওইজগে হাপ্পিয়ু হায়রি।

সঃ— হাংলবদি অমত্তং হাপ্পীয়ুনা বড়মন্ত্রী।

দেশ: – সি. আই ডিদদি থবক অহাংর লৈত্রি। নংন হৈনব লাগ্নীগি থবক Military*training college অমদ চহি ৪/৫ চৎনুরগ পাস ভৌয়রুবদি নংবু ঐব captain হাপ্পিগনি হেক থোরকপদ।

নং: — পাবুংন জেলন লৈথ্রবা তুংদ য়ুম লুট চংলকতুনা অয়ৈবমখে পুথিখ্রে। ননাই ঐদা য়াম্না নংজরে, মুঙাইরম্বদগি ফিভম সুম ফংলক্রবসিদ অঙাওবা মাল্লি আজ্ঞা, ননাই ঐবু কনামত্তুনা উশিংখিদ্রে ( কপশিন্নৈ ) চান্নরম্ব মরুপ মপাংনম্ব উন্নবদ কোক্ফাও কোখিদ্রে। ( মশি তৈথোকই )

দেশ: — নংবু কনান পাকচগনি, নংগি ইপা লৈরি করিমত্ত ব্রাক্তনু। নংবু দেরাদুন মিলিটারি কোলেজদ ট্রেনিং থাবিমি

নব: — তন্ন চংনব লেল লৈজদে আজ্ঞা।

[ মখোঙ পায়দুনা খুকমই )

দেশ: — লৈবাক্কি মরুপ দেশবন্ধু লৈরিবৈদ ইচাগি করি ব্রাংকনি ঐন স্কোলারসিপ লুপা ৫০০ পীগনি থা থুদংগি. পাস হেক তৌবকপগ কেপটেন ওইহন্দুনা থাদ ৮৫০ পীগনি অদুগ নংগি পাবুংবুস্নু থাদোকহল্লনি থা অসিগি মপুংদ চীফ জষ্টিস অম হাপ্লগ। ঐ থওই Your father is a ve·ay good man মত্তদ ফক্রব চীফ জষ্টিস অদুনা লৈবাক্কী আইন মতুং ইন্ন মরাল লৈজরবস্নু থা ৪/৫দং জেলদ থমগে হায়দনা চহি ৫ পিশিল্লম্মেদো। Very bad Chief Iustice! নংদ মরম ওকউ, নরৈবাক্কি ফনব নিংউ, নপাবুং থাদোকপিনি থা অমগি মপুংদা।

সা: — বড স্ত্রী নিপা মচাশি য়াম্ন লুশি, মাব তমজনিংব ১ খুঁও পিবিদুনা ত্রেনিং থাবিম্নু।

দেশ: — নংবু কদায়দ করি তন্ন চংনিংবগে ?

নবঃ— ননাই ঐন থরাইন পামজবমক্তি য়ৈন শুনব, লাক্ত ফানব থাং ভা, লানগি বিদ্যানি। জাপানগি যুবুৎসু হৈজনিংই, টোকিওগি ফেন্সিং কলেজদ থাবিয়।

দেশ:— No, no, no, Tokiyo গি Collegeগি Standard য়াংই মিং চনবদ পরীক্ষা অম লোই মচু পাশ ভৌব ঙমদ্রবদি ঙমহনদে। নংবু থাং হায়নব fencing হায়বত্থ খর খর হৈত্রাও?

নবঃ— ননাই ঐ য়াম্ন হৈক্লে মুংশা থিবিরুপু admission fest পাশ ওইজনি, বৃত্তিদ পীবিয়।

কু:— হুজিককাল পাথং মচাসিন নাপলন হান্ন কাবসিন য়াভোন-দৌন কোনগে হায়দুন।

নবঃ— পাবুং বড়মন্ত্রী! fencingদদি মায়াপুরদ লৈরিব অহল দগি অঙাং কাওব নিপা মুপী অমত্তা থাক্তন অমমম লাম্ম ভৌনবদ ননাই ঐগ পাবদ খর নোপকত্রা থক্লে।

কুঃ— নিপাগি জাৎ মথৈবু ঙমথিবদি থংদে ইমাসি নচ'মুপী ঐ লৈরিভৈদ মায়াপুরগি পাথং অমত্তন মুপী মচাবু উশিত্তন ঙাংবদি চোপকেদনি, I challenge any young man.

সাঃ— (কোন্দুন চুপ্‌ই) ইচাদনি থৌনাফবা। নংন ঙম্বদ লুপা লিশিং ১০ থানি।

দেশঃ— নিপামচা থোকপ পাথং অসিদ ঐন লুপা লিশিং ১০ থারে। মুপীন নিপাবু থাংদ হেনব মঙত্তম্ব পোৎনি।

সাঃ— অদুদি...বডমন্ত্রী লৈবাক মীয়ামস্থ কুম্মৈ য়েংনব সুমিৎ অম লেপ্লিরো।

দেশঃ— সুমিৎ হাযবযু লাকইব যুমশকৈশ ঙসি ৫ নি লৈরগ মহারানী অমসুং ঐগি ইপোক সুমিৎ পুম্ব তাব্রিবসিদ Public meetingস্থ তৌনি হ য়বি, ময়াম হরাওব সুমিৎসিদ থেংনহল্লসি।

সাঃ— মখোয়নী য়াবেকো ৫ নি লৈরগ থেংনব হায়বসে?

বুঃ— মান হৈফা'ত্র খব তম্মুখিগে হায়গদবদি থংত্রে ইমাসি ঐদি তৈযারদ লৈজে। পাথংন পোংবসিদি ওম্মোকন সুংশিক্কথিত্রে।

নব৹— এস্থ য়াজবে পাবুং, অশেংব থা'ন হেক্ক হায়নজগে।

বুঃ— অশেংব শে'দব হায়ব লৈত্রাও, মীহাং থাংন হাৎনসে ইমাসি নিপান সুপীবু লাকচব য়াত্রাও?

নবঃ— ঐন ৺বিগুম্ব মাঙ্গথীত্রবদি ঈমাসি মহারানী—লাইবক থীরব পাবুংবু নোংমত্ত ওইরবস্থ থাদোকপিদুন জাপান্দ চৎচত্রিঙৈ উনহনবিযু।

সঃ— উন্নহনগনি চিংননিঙাই লৈতে, মহারানীন হায়রি।

নবঃ— য়াম্ন শুঙাইজরে, ননাই ঐ হল্লরগে।

(অনী মক্ক খুকমই)

দেশঃ— চৎলো চৎলো মঙানি রাৎলি, মরক অসিদ খর কম্ন Practice তৌকো।

নবঃ— অজ্ঞা ননাই ঐ ল্কোজনি। (চৎথি)

সা:— কুমারী নংগ লোং-খজিং অসিগ করম্ন অদুক য়েংথী-
নরিবনো ?

কুঃ— ইমাসি ননাই ঐবু মহাক্ন চীফ জস্ট্রিসগি মচানুপী বিনোদিনি
গি মমাংদ ইকাইব পী, ঐওোন্দ বিশ্বাশ ঘাটক তৌরম্মগ
মাগ সুংশিনখ্রে, ইপা ইমা লৈজত্রবম্ন ইমাসি, ননাই তোম্নবী
গি ইহৈ লৈজরি, ইরিংজেল মাংজদ্রি ।
( কপই হিক হিক লাওন )

সাঃ— ইমা লৈ'র ইচাগি কম্নি ন্নাৎকনি ? মায়াপুরগি খ্বাইদগি
মতিক চাব পাথং কাদুন ইচাগ লুহোংগদবনি । শামু
মথক্ত হাপতুন লৈভব লায়রবশিংগি মমাংদ লেম্ন লেম্ন
চৎহনগনি ।

কুঃ— ইমাসি সুংশিবী । ( কোনশিন্নি )

দেশঃ— ওাইখো, সুপীমচা, কুমারা ন্না অম হংগে। Mayapur
fencing schoolদ pract ce তোনবদ নীখোয়নবু কনাম্ন
থম্ন লাকচবগে ?

কুঃ – পাবুং ইমানী শিম্ন শিম্নন ıst Sccond ভাই । ঐন
থম্ন নম্ন Ist ওই।

দেশঃ— Good, অদুদি নখোয়নী কুশ্মেসি সুওাইদোম্নিবজাংনিবে

সাঃ— চৎলো সুপীমচা, চা হাওথরব কপ অনীদং শেমহল্লকউ।

কুঃ— কম্নি ইমাসি।

সাঃ— হায় সুপীমচা। লুব নাম্ন উকুল মম্নিক অম কাওব তাহন্দন
নমাংদ শেমহল্লুকো।

কুঃ— আজ্ঞা। ( চেনখি )

দেশঃ— মখোয়নীসিবু মবুকচেল শেংলরিব্রা ?

সাঃ— থর থঁর তপ্ন ফরকপ য়াই, ছজিকমক্তি থা অনীরোমদ

ওায়রি, চৈনাখোল কোকথিয়োই।

দেশঃ— অতুদি মখোয়নি থেংনবদ শির শিনজবা হায়দুনি।

সাঃ— মদুনি ঐম থঞ্জয়িবসু। ঐখোয়গি — লুহোংব সুমিৎ'ক

উৎসোব য়ুমশকৈশদ লুপা লিশিং ৩০ রোম চংগব্রা ?

দেশঃ— লুহোংব সুমিৎ হায়সু হায়রগ — ইমানীগি ইপোক সুমিৎ

ক্লাইবোক তাবসিদ — হায়রো।

( অনীমক হা, হা, হা, নোকই )

---

# হেলোইন পু-ৰ

## অহুমশুব মতাং, অহুমশুব উৎপ।

মহারানী অমমুং দেশবন্ধুগি মপোক নুমিৎ উৎসব।

মতম: - অয়ুক পুং ৮ তাবদ।

মফম:— কোমুংগি কাংজৈবুংদ থনৰ মাগুপতা মায়াপুরগি প্রজা বিক থম্ম তিল্লে। ৱাংন শাগৎপ dais ( ফম্বাক ) মথক্তু মহারানী অমমুং বড়মন্ত্রী মরাইবক্তু শিন্দুৰ মমকেন শেৎ লৈ পরেং শিয়দুন চৌকি অমমমদ ফমই। নেতা ৩/৪ মু মনাক্তু চৌকি চৌকি থানদুন ফমই। মেজ ফজব অম থারি, কপ্পচিংৰ মনা পীনৰ পোৎ কয়ামরুম থেন্দুন লৈৰ উই।

সাবিত্রী:— ওসি বড়মন্ত্রী ইমানীগি ইপোক নুমিৎতা মায়াপুরগি মুংশিয়ৰ প্রজাশিংন মুংশিবিদুন মথক্ত মথা অম্মাম্ব খুদোল্ল পোৎ পীরকপ য়াম্ম নুঙাইজরে। মী লিশিং ১২/১৩ মম হয়াওন তিনবিরদুন নুমিৎ 'অসিগি থৌরম কয়া পাংবদ মহৈ য়ালহনবিবগিদমক হয় হয় থাগৎচরি; চহি খুদিংগি নুমিৎ অসি Public holiday ওইরনি, ছুটি থারনি।

মথংদ বড়মন্ত্রীন য়্যা থর তাকপিগনি

দেস:— ইকাইথুম্নবদ মতিক চাববী মহারানীজি অমসুং ঐগি মুংশিরব মায়াপুরগি প্রজা পুম্নমক্কী. ওশি ঐখোয়গি ইপোক মুমিত্ত প্রজা পুম্নমক্ক অম্মক থম্নাই য়াওন সহযোগ পীবিদুন ওসিগি কুম্মৈ মুমিৎ অসি মহৈ য়ানহবগি· দমক হন্ন হন্ন ময়াম্ন থাগৎচরি। মসিগি তৌবিমল থওব উৎপ ওইন মহারানীজিন লুপা লাখ ৬০ স্কুল, কলেজ হাসপিতাল লিংখৎনব দান তৌবিরে। অতুগ চাওখৎলব লৈবাক রুশনচিংবগি মতৌ তমদুন চাব থকপ য়াংতনব Co-Operative Society কয়া লিংখৎতুন লৌ উহলনি; মুমিৎ অসি নিংশিংনব ওইন Two year plan কয়া-মরুম govt ন লৌখত্তুন মুংশিরব প্রজাগিযুম্মান কৈবান ফননব শেমগৎলনি। লৈবক্কি থবক্ক থরাই কচ্চরব তোল্লব দেশবন্ধুন প্রজা শিংগি চরন্দ পুন্সি পীনবিয় নিজরি।

(ক্রমথথি)

নেতী ১:—(হৌগৎলগ) ময়াম চপ মাম্নন অমুক্ক হৌন হৌন খুম্বিরকউকো — মায়াপুরগি পুকচেল চওরবী মহারানীজি মতম কুইন — ইহে পুন্সিসন্ন হায়দুন খুম্বিরকও। সে, [illegible] মাম্নন খুম্বিরকও—

[illegible]পুরগি মহারানী মতম কুইন—

( ময়াম্ন ) — পুন্সিসন্ন।

দেশবন্ধু বড়মন্ত্রী মতম কুইন —

( ময়াম্ম ) — পুন্সিসনু ।

প্রজাশিংবু মচা মনাওগুম্ম নিংবিব, মীচং মীশাই নাইবিদব ধর্ম্ম অমঙ্কুং আইনগী মমা মপা ওইবিরিব মহারানী ১সুং বড়মন্ত্রীবু শিদব মপুন পুন্সি তোলোম্বব পীবিসনু। ইতিহাস তা য়াওব মতমগী রাজা বিক্রমসিংহ নোঙ্গাখ্রব ইশিংখো গি হাক্কক ফাওবদ হুজিক প্রজান ইনিং ইথা তোব ফংজরিব, শেৎন চানব রাৎত্রিব সিগুম্ম অমুক্ত থোকখিদ্রে ইপা ইপু পুম্মক নোম্নোক্তানি। মরম অসিনা সাবিত্রী মহারানী ১সুং দেশবন্ধু বড়মন্ত্রীবু ফত্তে হায়ব প্রজাশিংদুদি লোম্বন ফাদুন জেলদ পীবদ মতিক চায়। ( ময়াম্ম থুবাক) য়েংবিয়ু ওসি মখল মথঃ অয়াম্ব চাওখৎনব থবক পাম্বথৎপী-দুন বড়মন্ত্রীন Two year plan কয়া তৌরকইবসি প্রজান পেশা অমত্ত পুথোকপ য়াওবিত্রাও ? মরম অসিন লায়রব অতোনবশিংগি মরুপ, লাইবক থীরবী লুখ্রাবী গি মমিত্তাগি পি মুথৎপিব বড়মন্ত্রী দেশবন্ধুবু জগবন্ধুন পুন্সিহনবিসনু।

জয়, বড়মন্ত্রী দেশবন্ধুগি

( ময়াম ) — জয়

জয়, মহারানী সাবিত্রীগি

( ময়াম ) — জয়

জয়, লমচৎ ফজরবী সাবিত্রীগি

( ময়াম ) — জয় !

জগোয় শাবিরনব নিংশিংজরি।

( জগোয় লোয়রে )

দেশঃ— অয়োইব আইটেম কুমারী অমসুং নবকুমার, অমগী fencing, নবকুমারন থোইবদ এন লুপা ........ থারি।

সাঃ— কুমারীন এথাইবদ লিশীং ১০ চাম্বে। কারিগুম্ব নবকুমারন থোইরবদি মানু মপাবুং নোবীন থাদোক্তুনব উনখরগ টোকিওদ থাং তম্ব থাবিগনি।

দেশঃ— কুমারীন থোইরবদি মাতুং অপাম্ব মায়াপুরগি পাখং ফাদুন লুহোংবিগনি। শামু মথক্ত হাপতুন লেম লেমন থৈদেন ময়াইদু পুগনি। ভসিগি fencing অসি মিঃ Tara singh না rofrce ওইবিগনি।

[ তারা সিংহন হুইসেল থোংবদ লাম্বী খেৎপা নবকুমার অমসুং কুমারীন, মহারানী, বড়মন্ত্রী অমসুং প্রজা ময়াম্বু থুকমই। অনীন থাং হায়নবগী ........ চোংথোক্লরগ মাগি মাগি নাকন্দ মীচং ওইনা লেপ্লরক বড়মন্ত্রী সুং মহারানীবু নবকুমার অমসুং কুমারীন থাংন থিন্দুন হান্দ্রি। পুলিশ অমসুং সিপাহীশিংন ফাগে চৌবদ )

নবঃ— নংদুন ফাবিগনু ইশান য়ান ফাহল্লগনি, ইরাল নৈব থোক্লবদি ইথুং ইথুক্ত পায়রিব থাং অসিন ইভক কক্তুন হাৎপিয়ু। ঐ অনীশুব মন্ত্রী নবীনচন্দ্রগি মচানি হায়না থিব জবান হেংজবোই।

কুমঃ— অহানবদ দেশ শ্রেহী লৈবাক্কী য়েক্লব অনীশিবু কাংলৈবুং গি লম্পাক অসিদ হুল্লোকতুন থমবিখো। কোম ঐখোয়গি ইরাল নক্রগ পূণ্যগি বিচার তৌবিয়ু। মহারানীগি রাশক মতুং ইন্ন নবকুমারগি পাবুং থাদোকপীয়ু।

নবঃ— বিচার তৌবিনবা চীফ জষ্টিস শ্রীকৃষ্ণকান্তগি মতেং লৌবিয়ু ননায় ঐখোয়নিবু পুন্দুন থম্বিরো।

কর্ণেলঃ— সুংশিরব প্রজাশিং অঙাং অনীসিবু ফাগদব নত্তে, লৈবাক্কি য়েক্লব মাংহনবগিদমক মনা মতিকচানা পীগদবনি, চংলু সিপাহীশিং ২শুব মন্ত্রী অমস্তুং অনীশুব রানীবু থাদোকতুন মফম অসিদ লেংশিলহল্লকউ।

ময়ামঃ— জজ লেংলক্লে, জজবু বিচার তৌহনবিয়ু।

( কৃষ্ণকান্ত অরাংবদ লেপ্লগ )

কৃষ্ণঃ— হন্দক শ্রীযুৎ বিক্রমসিংহ মহারাজবু হু পীজদুন হাৎপদি মহারানী অমস্তুং বড়মন্ত্রীন তানদুন তৌবনি। ( ময়াম খুবাক খুই ) মত্তগি মতিক চাবা সাক্ষী প্রমান য়াম্ন লৈখ্রে। মরাল লৈতব অনীশুব মন্ত্রী অমস্তুং রানীবু থাদোক্ল গ লৈগাক নিংখিন গুক্লব শিনবন লৈবাক্কি মঙ্গল ওইগনি, এঃ লেংবু লেংলক্লে। ( মনাক্ত লেপতুন অমীন ময়াম্ন নমস্তে তৌই, ময়াম খুবাক খুনৈ তম্পাক লাকপদস্থ ময়াম্ন খুবাক খুনৈ ) অদুগ বড়মন্ত্রীগি সুপী তম্পাক লৈমবুগ থাদোকপিরগ হংবিয়ু শিখ্রিব অনীসিগি মরাল খঙবিগনি। ঙমদবগি তৌবনি মখোয়নিগি মরাল দ লৈবাক

পুন্নমক্ত খঙনরব পোৎনি। য়েক্কবঁ মাংহনব থৌনা ফরব অঙাং অনীসিগি মনাদি লৈবাক পূবিবদ মঙিক চারব মন্ত্রী নোবীন, ভম্পাক লৈম অমসুং অনীশুব য়ানীন পিবিনি নিংজৈ।

থবাঃ— ননাই এৈন মন্ত্রী নবীন চন্দ্রগি অমসুং বড়মন্ত্রীগি দুপী 'ভম্পাক লৈমগি মতেং লৌডুন অনৌব ইলেক্সন লাকত্রিব ফাওব লৈবাক পুজব য়াবিরক্রাও?

ময়ামঃ— য়াজরে, য়াজরে. য়াজরে।

ভমঃ— লৈবাক্কি য়েক্কব নম্বর য়ান, টুবু মাংহনবগিদমক থৌনা ফরব অঙাং অনী নবকুমার অমসুং কুমারীবু মনা অতৈ পীত্রিবৈ মমাংদ —

মথুৎ অনী পুন্সিনবী
ইকাই ইকাই য়াই।
অঁতৈ পুন্নমকন থুবাক থুই।

---

অরোয়বগী Screen তপ্ন তপ্ন থুমজিন্নকই।

**The End**

# অরাংব অমসুং চীদেক্লপ।

[ রেডিও লীলা ]

G. C. Tongbra

October. 1959.

## অরাংব অমস্থুং চাদেকপ।

## লীলা মীকোক



# অরাংবা অমসুং চাঁদেকপ

রাকচীংগি উন্না খু্ং খু্ং তাখ্রব অহিংদ চরু চোন্না হাপ্পুন গাড়ী অসি মপুন তৃম্ন তুম্ন থোঁডুন ইক্ষালদ কারকই। তুম্না হিপ্নখ্রব মতমনি, লম্বীদ মী চৎনদ্রে। সন অনীডুদি নিংথম্বন থক থক নিকপ ফনব গাড়ী কন্ন চিংই। চকুন চোন্ন হাপ্পন গাড়ীত্নদি ইশুম্ব মামদে। মপূ গাড়ীরানদি চক্লুমরক্ক কাম্ব কম্বল থান শুপতুন নাখোকই। মমং মহা ওইন 'তিতি, তিতি নহায় — – মরক মরক্ক লাওরকই।

অর'প্পা লমছুই খোংব তাই, থাও নিংথিন হাপ্পুব গাড়ী চাকান চপ্নবগি মখোল গে গে খোংই।

মপুঃ— ( খে্রা খে্রা নাখোকই ) তি তি, তিক্তিনহায় — ( অমুক নাখোকখি )

অরাংবঃ — ত দ চাঁদেকপ, মপূ ইবুঙাসিনু তূমব্রা তূমশিন্নবিব্রা নংদি কুইন তিন্নরম্নবন মহাক্ষন অসিবু মশক খঙইনি। ইস ইন্দূমখ্র ঙসি অহিংসি উন যান্ন কাখ্রদা। ইস-স-স

চীদেঃ— নখোয়দি নহানিন উন থাংবা থরবু কল্লিবনি, ইয়াম্ব খোইদি চহিন ৪০/৪৬ শুজিল্লকপগি পাঅল হল্লব মতম সিদ নানশ্রব কোলাস মথক্ত তুদনব, উন মরকসিদ শুক লূপ্প চরু চিংকদি রাখ্রপোংনি। Pensionable Servce ওইরবদি পোশাব চহি ৫ শুবদোবনি। ইম্বম্বসিদি খ্বাং নাত্রা?

অরাংবা:— গাড়ীরালাসি তুমখ্রমানেদা?

চীদেঃ— তুমখনপোংনি, নাখোকইবসি তাত্রাও?

মপুঃ— খেত্রা খেত্রা (নাখোকই)

চীদেঃ— মপু ইবুঙোবু অতো নহাবোল নখোযন গাড়ীরালা হাযবসি ব্যবহার থোক্তে।

অরাংঃ— মহাক মবল অচুক লৈবনা গাড়ীরালাদ শেল পীব পাম্মুত্রন অস্থুক ইংবসিদ গাড়ী চংলিবু কবিগি গাড়ীরালা কোশাংদগে।

চীদেকঃ— অমনবু থোবে অমনবু থোরে সন ঐখোযদি অক্ষানি ইথো চৌনদবগি তৌগদব।

অরাঃ কবিগি অক্ষানো? মান থংবদি তগ্ন চৎপ যাদে, পোথাব যাদে চরু ফওব নিজৈ — — তাদবু চরু অকম্ব শাইব ঙম্মিত্রাও?

চীদেঃ কুপ্প ককত্রবদি, দানা ওইন থাংবিদ্রবদি চাব মুঙাইত্রে। নরাইবক ইরাইবক্তে মীগি থানাই ওইন পোকউ তগ্ননি পংশাও শাওহুঁনা কান্নদ ইনাও।

মপুঃ-- ( মমঙ ওইন.) ক্লিক্লি, তিতি মহায় ! করি শম্মো মখোঙ ইথাং থাংগে হায়দবসিবো। খ্যো খ্যো ..

অরাংবঃ— ঐবুদ দুস্মন ওইন তিতি ত্রুতি মমঙদ ফাওবকৌরিব পুকচাওবসি থোক্লব লাকনি খোংবান্দ গাড়ীসি থাদরগে ঐ য়াম্ন শাওনিংলে তাধন।

গাড়ীঃ— নপু ননাই সুঙাইনত্রগ অসুক ইংখ্রব উন মরক্ত ইরাপ লৈজদব গাড়ী, ক্যোক ক্যোক লাওরব ঐবু খোংবানগী ককই চুরব ঈশিংদ কুছিদ ওম্নবদোন লোইহনবিরগেরাও ফিংগন্নু ইবুঙো অরাংব, শান্তি ওইব পান্বেন সত্যাগ্রহ তৌদুন অপাম্ব দাবী তান্সি। হিংসা হৌকরবদি রাশ শাক্তে চাগনি, চরু অপৎপ চাগনি শক্তিক অতেকপ য়াতোন তংব ফংলোই।

অরাংব— লৌবুক্ত হৌরিব শক্তিক ময়ামসি ইনিংতম্ন চারুনব জুরান থাদরম্মগ চেনশিবদ ঐবু কনান তানব ফংগদগে কাম্ভ অচৌব ইনব মাব।

গাড়ীঃ— হবুংঙো অরাংব নংবু চেম্নগ কদায়দ লৈরুদগে ?

অরাংঃ— জঙ্গলদ ইনিংতম্ন লৈরুম্নু ঙাই শাজনা থিগদোবম্নু লৈতে

গাড়ীঃ— নোং তারগ জঙ্গলদ লৈব কাকফৈ তুমিৎ মরক্ত কুন্দুন লৈববু করিদ সুঙাইদোরিবনো ?

চীংদেম্বঃ— অওইবনি ইনাও নোং তারগ শুক্রান্দ কুন্দুন দানা চাদুন লৈব, কাংমৈ খুবিদুন তুমিৎকাংসু চিকহনবিদব অনা অথেক তৌরগ ডাক্তর কৌদুন লাইয়েংবিরিব

মপু ইবুংঙাবু পংকং কংতেম্ন হাইরুব য়াদে।

অরাংবঃ— তাদ গাড়ী কে্রক ক্লার্ক লম্মাংদ লৈব জঙ্গলদ ইনিং তম্ন চাবগি অফব মাইকৈদি উবিদম মমিৎ তাংব মীগি য়াঙাংঙ্ক ঙাংবিরি। শাবী শানৌ কয়াগ লোইনন অশংব লৌবুক্ত মুমিৎন চীংয়াঁ থংবদ ফাগী য়ুগায় তৌতুন খুনংইশৈ লাওনতুন হরাও তয়াগ তৌবতু গাড়ীসন্দ Permanent Post পায়রব ঐখোয়ন য়াওরুব য়াত্রা? ঐখোয়গি তাধন চীদেক”ন তাকপিব দানা থোংবিব শক্তিক অতেকপ হাবিব, ইতু তকপিব, কাংমৈ খুবিব নারগ লাইয়েংবিব হায়বতু মুঙাই। we should be grateful for those amenities no doubt, still we should demand more holidays, better food, bigger homes, provident fund, pension for disabled labour, the poet's ideal Iam Content with what I have, little be it or much...will not do for us workers, মবুক ফবগি শরুক য়াম্ন হৌনদে পীনিংম্রব মহাজন্ন ঙাকইব লৈবাক অসিদ তাদ চীদেক।

চীদেঃ— মহাজম্ন ঙাকপ হায়বদে ?Democracy গি অর্থবু capital হায়নব্রাও? liberty equality and fraternity ফংলে হায়দুন হরাওনরব মতমদিদ ইবুঙো অরাংবন French revolutoin গি climate পুশিল্লক-

ইবু ইয়াম্বদি ঙকলেদা ইনাও অরাংব।

অরাংব:— তাদ চীদেক্ নঙক্ত ঙ্কেংলাই থুংতুন বুক্কি মাংলত্রা নচী তেকথিবদগি নারিংজেল কেনখ্‌ত্রা? ঐখোয়গুম্ব শন ইরোইন ইলেক্সনগি candidate ওইব য়াত্রা। election নয়ুম্ফম ওইব democracy দা Labour ন থবগদবসি কনাবু ইথক্ত তোংদুন থোইহন্সিগেদনি, মশা পাব কয়া লুমদব থম্বব অধিকার নত্তুন ইরল নৈতব ঐখোয়ন মন্ত্রী ওইনব candidate ওইরুব য়ারিত্রাও? Liberty and equality ফংনব Democracy হায়রিবদু লুপান মুং ওইন থাব Election লম্বীদ চৎত্রবদি য়াদে হায়ব তাধব। Election গি Candidate শিংদু Capital পায়ব মী নত্রবদি লম্বী নৈথোম থোকই। Democracy হায়বসি Labour গি মমিৎত উফুল চাইনব ব্রাহৈনি শেঙ্গাও অচোব উদনব Smoke Screen নি। অশেংব Liberty and Epuality ফংলি হায়রবদি নচী ফেংউ তাদচীদেক মী য়াম্ব থোমী ঐখোয়ন লিংজেল মাম্নবু লাল হোৎরবদি নিঙাই তৌরবদি Victory is to our side Labour গি খুদোংচাবব election গি ru'e শেম্ব ত'য়। no secret voting, no back door dealing, no black marketting of ballot papers, Labours shou'd all vote the labour to Power. লোমী থোমী শিং মহাজন্দ ভোট পীফম থোক্তে

পীব য়াদে হাযব rule অসি শেন্নব fight তৌগদবনি we' have nothing to lose but our shackles গান্ডিসি থোংবান্দ থাদস্নমগ চেন্দুন মীচং খোম্মুসি তাধন "the longest journey begins with the first step,

চাদেক:— ইবুঙো আয়াংবন হায়বিবসি কশকি Bolshebic revolution অদু অমুক হৌর'স সিনিমে। মতম মফম অমস্নুং ফিভমগি ইঙ্গিং [illegible]দন অকব থবকতা খুৎ পাক থাব চুমদে। ফ্রান্সত কশত revolution তৌখিব ভডুদি লৈহাও অমস্নুং হয়া মুংশিৎ মুংশান মতৌং পা থবনি। হুন্জিক্তি 1789 নত্তে 1917 সু নত্তে 1956 নি মখোয় এঁখোয়গি মুঙাইনব মপু ইবুঙোন চক্ত কক্কুন চেংকুপ হাপতুন দানা থোংবিরি, কাঙমৈ খুডুম সঙেন্দ থম্বিরি।

অবাংব.— চেং অপূম্ব মমল তান লৈহল্লগ পীজরিসিযাও? ইনাকখুনবশিং মরীমতা থোক্নব থল্লগী Housing loan পীবিব অদুরাও?

চীদে:— তদুম নত্তন খুৎ শা হৈবগি থবক চাওথৎনব subsidy কয়া Loan কয়া পীরি, Co-oprative Society কয়াদ Loan পী'রি. হিদাকশং লিংখৎতুন লোয়াই থয়াই খুদিংদগি অনা অয়েক পুম্ব তাম্বোক্নব লাক্নবিরি. করি অমুক হায়নি অতেকপ ইচী কাওব Expert শিংবু

শমহৎনবিনব লাক্লবি। মসিদ পেস্ক্রবদি য়াম্ম তৌবিমল খণ্ডদব থৌমী শিস্মীনি হায়দুন এখোয়বু থীন ঙাঙনবি। এখোয় মশেলমক্তে লিংজেল মায়রোক।

অরাংবঃ এ লোইন খণ্ডই ভাদ চীদেক মখোয়ন তৌরিব পুম্নমক। হুইন শুংদাং থর থোংবগি কার তোংবদ পুই উচী লৈতব য়ুম শংবগি হৌদোংবু ঙাক্লা থোংব, শরেং ঙারেন থাওদ তাওদুব পীজে। শগোলদ মখোয়ন মতু তকইব, শক্তিক থুক্লুইব মশা লাইরেংবিরিব কেহল্লিব, গাড়ীশন এখোয়দ, কাকফে তীম্ফা মরক্তে লোখোয়বিব মবুক থাকইব এখোয়দ অসূম্ন থক তৌবিদে। Inequality, freedom to starve, enmity between groups are the products of the present democracy, ম'সবু থাংদন লৈব'দ লেংলাই থুংগে, ইখোঙ তেক্কে...... ...মীনাই ওইদুন শিজগে য়াবনি। এদি গাড়ীস্নি থাদরনি, হৌরনি আন্দোলন

চীদেকঃ— কব্রিনো ইবুঙো অরাংব অসুক লুম্মব গাড়ীবু ইথন্দ কদায়দগি ঙমগদগে।

মপুঃ— খ্রো খ্রো ........

গাড়ীঃ— ধর্ম্ম য়েংউ অরাংব, মহাক্তন মৎন্দ শোক্লদব নত্তে ইয়াম্বসু অহল ওইরব ক্রোক ক্রোক লাওন হিক্তোক্লব গাড়ীনি। চীদেকপসু মৎন্দ পুব ঙমদবনিন নংন

থাদোকপদ মাস্থু থাদদোরি। মখোইনিনবু থাদরবদি ঐদি ঙসি ইশ্বাং তেকপ শোইদ্রে শাস্তিদ থবক তৌসি, রারিব নিংব থুংত্রিব মথন্দ নত্তে। নংন পোরিব-পূরিব নথক্ত নন্দুন হিংলিব অশোন অনা নহা মুথীগি ধর্ম্মসু থর য়েংউ। হিংদুন লেবসি থর থাংদব য়াদে, ঈশ্বর লৈরি ঐখোয়গি অৱাব উাবদব নত্তে, মবুক ফত্তব মহাজনসু নত্তে, মতমগি মতূংইন্ন ময়াম্মক্তি ফনব শিনব থুংলকথিনি ঈশ্বরগি নাম শোন্দুন মতম থর থাংখিসি. বিশ্বাস ঘাটক্তি হিংশাগি থবক তোরবদি হন্দক মপোক্তসু মুণ্ডাইব ফংদ্রব ঐখোয়বু হয়েং মপোক্তদি তোল্লব ভীল কাং ওইন পোকল্লরনি।

অৱাংবঃ— তানিংদব রানি তাদ সন গাড়ী ঈশ্বর হায়ঁব রাহৈসিসু Democracy গি Equality and Liberty কা হায়বগুম্ন Capitalist শিংন থৌমী শিম্মিশিংবু কীহন্নব, লাল হৌনিংহন্দনব শেম্ব লোম্নি, থুৎলাইনি। মীচং মীথাই নাইদব ঈশ্বর লৈরবদি কারিগি হূইবু তল অহাওর পীজরগ কারদ তোংহল্লি, সন ইরোই ঐখোয়বুন চক অপৎপ থর পীজরগ লৈখোম লৈনা, মরক্ত কাকফে চিকহল্লি কাং তুমিৎ চিকহল্লি, মুংশা মরক্ত মুংগাই মথক্ত পোৎলুম চিংহল্লি, পোৎথাব ফংহন্দ্রি, ছুটি মতিক চান পিদ্রি পেন্সন পিদ্রি শেন্দোংগি Bonus য়াম্না পীহনগে হায়দ্রি মহাজন শিংবু। If there is any Good at all it is

made by the Capitalists to scare the have nots and safeguard the interests of the Haves . মহাজনগি মরল ঙাকপ লাইনে , লোমী শিন্মীগি লান্দহৌ ঙারুব Scare Crow নে। লাইরৈবাক্কি মঙগি তাইবংগি মুঙাইব বন্ধক থম্ব অশিংব থবক নত্তে তাদ লনগাড়ী। মুঙাইবা পান্নবদি হুব্জিক হুব্জিক ঐগি ইতুং ইল্লু পংগন্নু ঐ গাড়ী থাদরে।

চীদে :—ঐস্নু ইথস্তনদি ঙম্পোৎ নত্তে, থাদরে ( গ্রোং গ্রোং থাদৈ )

গাড়ী :—অয়ো ইমা তেক্লেদন, হরে কৃষ্ণ !

মপু :—করিনো ? কৈদোরে ? করিগী গাড়ী থাদরিবনো চীদেকপা ? অরাংব নংন হৌব ওইরিবি নত্রা ? নচিন্দু থুমদ্রিব করিগিনো। রাশন নয়াংলেন্দু তৎনব কল্লুরা ? মমল ঙ্কক য়াম্ব গাড়ীসি মথ্বাং তেক্লোইদ্রাও ? গাড়ী নং থঙদ্রা কমান থাদৈ ?

গাড়ী :—ঐন কন থাম্মি মপু ইবুঙো। মনিং থুংদব কয়া লৈরমানে ইবুঙো তিতি অরাংবন জুরানদগি মঙক থক শত্তোকই, মথন্দ পুব ঙমদতুন চীদেকন্নু থক্ত থাদৈ। ইথ্বাংবু তেক্লমগনি ওম্থোক্ল নাখে।

মপু :—What are your complaints Mr. অরাংব মতম চাদন নংন তোরিব Strike পু করিগিনো ? নংবু ঙাওরত্রাও ? অমুক ইংখবুব অহিং [illegible]দ লম্বী লম-

খাংদ মিওাই তৌব তুমব্রাও ?

অরাংব :—Strike তৌবসি থৌমীগি অধিকারনি। মুওাইতব পেন্দব মরমচাব grievance লৈরবদি Strike তৌব ভায়। No more the old Slave System. নহাক্কি গাড়ী চিংই, নংন চক্ক অকংব পিক্লে হায়দুন মীনাইয়াও? 40° F ভগি হেন ইংলব অহিংসিদ সমি হায়দুনবু অমুক লৃম্ব গাড়ী চিংহনব হৌনব্রাও ?

মপূ :—ঐসু গাড়ীরালা ওইন থবক য়াওরিবসিনি, ঐসু ইস্পুমইবনি।

অরাংব :—নংগীদি শেন্দোং য়াম্ন কংমবব্রি ঐখোয়গিদি The same rotten stuff as food. নংনা লুম্ন চক্ক মরক্ক কম্বল কাম্ন লুম্ন শুপ্তুন নাথোক্কুন তুমই। ঐখোয়ন বোরা অমত্তং ফুরিৎ লিৎলগ অমানব কোলাসত্ত তুসু তুদনব, থক থক নিক্ক পোৎলুম চিংলি। নখোয়বু মুংশিব করিমত্ত থওব্রাও ? জীবদি অরাব, অইংব, অবাম্ব খোরাংব চপ মান্নন থওমবনে।

মপু :। ওসি পুরিব চক্কসি অরুব থবক্কিনি, নোং ঝাক্তিক্লেদ ইস্ফালদ থুংদব য়াদে। নখোয়গি দাবীশিংদু কোম থম-গনি। we know your lot নখোয়বু মুংশিদবা নত্তে! নখোয়গি খুদোং চানব অধিকার কয়াম্ন পীক্লে, অতৈত্তসু মথং মথং পীরকথিমি।

অরাংব :—পীগনি হায়রগ ইপি পীদবন করিসু কারদে। ঐখোয়গি

দাবী পূম্ব Holidays, leave, bonus, Old age pension, educatoinal faciliteis and medical treatment for our children নচিংব লোইন পীগনি হায়রবদি গাড়ী চিংগনি নখোয়গি।

মপু:—Trade Union গি Leader শিংগ নিংথিন তাম্নরগ Strike তৌরবম্ব তৌগদবনি—হা চীদেকপ নংবু মতম চাদন Strike তৌবম্রিবু যানিংব্রাও ? Essential Service তৌরিব নখোয়ন মরম চাদন Strike তৌ-রবদি ফাদোক পীগনি।

চীদেক:—ইবুঙো অয়াংব Strike সি তৌরবম্ব কোম্ন ময়াম তাম্নরগ মতম পীদুন রিয়ম চুম্ন তৌসি।

গ্যাড়ী:—অওইবনি ইনাও অয়াংব ফিংগম্বু মপু ইবুঙোনম্ব নখোয় ঐখোয় লোমী শিন্মী পূম্নমক্তি ফিভম ফগৎনব হায় শেমগৎপিরিবসিদগি অমুক হেন্ন দাবী তৌম্ব পীবিক্তি হায়রি। মথং মথং 5 Year Plan কয়া তৌদুন থবক য়াত্তনবম্ব হোৎনরি। ফিভম অসিদ ঐখোয়ন তাইগুম্নদুন রিঙাই পংতোদ তৌরবদি মপু ইবুঙোখোয়ম্ব থবক শিনফম থঙবিয়োই।

মপু:—ইবুঙো অয়াংব পংশাও শাওখিগম্বু—মতম থয়গি মপুংদ মীয়াম্বু Satisfy তৌহনব হায়বসি তম্ফাথুদোপ য়াইওইব নত্রগ Alladin's Lamp মক্ল শেম্বদি নত্তবনিন হেক য়াদেদো। ঐখোয়ম্ব from every man accordirg

to his capacity থবক contribute তৌবিয়কউ—
to every man according to his need থুংব
ওয়ব যেঙ্খোক্কে লাক্লি। Socialistic Pattern of
Society তাররুব মী খুদিংমক মরিল থুগুন নোম্মসে।
করি হায়বগে ইবো অরাংব শ্যাওগনু মুমিৎলি খেংখে,
—Town য়োনব চৎসে।

অরাংব :— ফয়ে, চহি ওগি Plan অম ম্যাওব ভাইজখিগে।
চৎলি, চৎলসি তাদ চীদেক।

---

# The End